শৈরেংঃ-

# “সুভাদ্রা চেনবা”



অইবাঃ-
সরত সলাম

সুভাদ্রা চেনবা

মণিপুরি শৈরেং

অইবাঃ- সরত সলাম





অফোঙবা ঃ অইবা ইশামক

অহানবা ফোঙবা ঃ সেপ্তেম্বর, ১৯৯৯

কোপী মশীং ঃ ১০০০/-

ফঙফম থোকপা ঃ সরত সলাম, অইবা

মমল ঃ লুপা ৪০/- (নিফু)



---

নম্ফম ঃ এডভান্স ওফসেট প্রিন্টরর্স, বি টি রোড় ইম্ফাল

# অইবগী ৱহৈ খরাদং

অঙাংনা মৈ কিদবগুম অফং-অফংবা মচিন্দা হুপচিনবগুম খুজ্জংদা পোকপা লৌমীগী পূল্সি ঐনা সাইত্যা কলাবু হায়নিংঙাই লৈতনা পমজে। ঐনা ঐগী নুপী অঙাংদা শানজবগুম ঐগী কলাদসু ওইনজে। ইপগা পিক্লা কাইনরবা চাকয়াম পোকপি মমাগী মচা ওইখিবনা ঐনা তাংকক অসি ওইরকপা। ঐ ইশা ইথল্তা ঙাকচৈ।

নুংশিবা হাইবা অসিদগী চাউবা ধার্ম্ম অমা লৈতে হাইনৈ। পামজবদা থৱাই থবা পম্বুনি মীগী। মহৌশা পকৃতি খুৎশেমগী হৈকোল লৈকোলবু ইতম্পাক্তা পমদুনা মহা ভারত আরজ্জুনগী শৈরেং মতক খরা পুথোকচবসিদা অসোই অঙাম পূম্নমক পাবিরিবশিংনা ঙাকপীয়ু।

অদুগা লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা মরু ওইনা অৱাবা শরুক পুবিরীবী এডভান্স ওফসেট প্রিন্ত্রবস, হববাবোট রোড ইম্ফালগী থবক পুবীরীবা খ্বাই পুম্নমকপু ইকাই খুম্নবা উৎচরি।

অইবাঃ-

সরত সলাম

পান্দু নিংথৌ মপারি পঞ্চ পান্দব মঙানা,
ইন্দ্রপ্রস্থ কোনুংদা পাল্লি হন্নাও তয়াম্না।
যুধিষ্ঠির ময়াম্বা' রাজা নিংথৌ খুবমনি।
য়েক্ল-ঙম্বা ভীম অর্জুন প্রলয় যমগী শক্তমনি।
নকুল সহদেবসু মপা লৈত' রথিনি।
সতী-থোইবী দ্রৌপদী মঙা-তাল্লোয়ববীনি।
ইন্দ্রপ্রস্থা কোনুংদা মতৌ অসুম তৌদুনা,
নুংঙাই-য়াইফ লৈরকই য়েক্ল-তিংখং লৈতনা।
ব্রহ্মা ঋষি নারদ' নোংমা ' কোরৌ নুমিত্তা,
বীনা যন্ত্র খুত্তা পায়' লাক্লে নিংথৌ সভাদা।
মচীল মনাও সঙানা মুনি চেংলৌ উরদা,
কোংয়াং চৈশু তাবগুম ভক্তি কচে চরন্দা।
তাকপিয়ুনে মুনিও! লেঙবীরকপা করিগী,
ঙসি কোবৌ নুমিত্তা, সভা-সিদা ননাইগী।
পুক্নি মহে য়াল্লেনে ননাই ঐখোয় মঙামক,
করি তাকপীগদবা তাকপীরোনে হৌজিকমক।
পান্দব মবা তাবদা ব্রহ্মা ঋষি মহাক্লা,
য়াবা পাওমেন্নরকই খোয়রুম মোমোন মীনোক্লা।
নরদ ঐনা লাকপা ঙসি কোরৌ নোংসিদা;
সতী কুন্তি মপারি! অতে করিমত্তা নত্তেদা।
তাল্লোয় অমখক্তনা নিপা মঙা' সেবা তৌ'
অবায়' থবক নত্তেদো; চুমদবরা বাখল তৌ।
নুপীদগী সেন্মীদো জগৎ তাইবঙ সেম্বসু।
নুপীদগী ওইবনি লৈবাক বাথোক ওইবসু।
মফম মতম খুদিংদা তানরিবা ঙাক্তনি।
লঙ্কা লৈবাক তুমখিবা সীতা মহাক থক্কিনি।

হিংচা' শাগে অথোইবা সুন্দ উপসুন্দনি।
য়াইবী থবায় মাঙনা তিলোত্তমা মাগীনি।
নখোয় মঙামত্তসু অদুম ' থোক্লোই হায়ঙমদে।
নোংদম্বগী নোংদম্বু কনা' খঙবা ঙম্নদে।
কুরু শাগৈ 'লক্তগী অথোইবা নখোয়দি
দ্রৌপদী মহাকথক্কী য়েৎন-পবে থাংননী।
উনবা পুক্লীং তপ্লৌদো নিয়ম বায়েন পীরমগে।
বাখল থম্মোয় শেংদোক্লো বাহে মন্ত্র তাক্লগে।

"চহী কুমজা অমমম, পান্দব নখোয় মঙাগী,
নবান মোংবা নশাইগোন ওইনৌ মবেম্মা য়ুমগী।
চহী কুমজা ফাদ্রিঙৈ'কনাগুম্বা অমনা,
নিয়ম বাংমা লাল্লবা, দন্দি ফং'নি মহাক্না।
চহী তরানিথোইবু লৈবাক কোয়বা ওইসনু।
নিয়ম কায়না চৎপগী অবা' দন্দি ফংসনু"।

নিয়ম তাকপবিল্লগা ব্রহ্মা ঋষি মহাক্না;
লাইরৈবাক্তা হনখবে, মতৌ অসুম তৌদুনা।
নাবদ য়াথং ঙাক' হবাও-লিংজেল মান্ননা,
চহী কুমজা কয়া পাল্লে পঞ্চ পান্দবনা।
চীংঙু লাইগী লৈবাক্কুম' বাত্ত-পাদ লৈবাক্লী।
য়েংঙু-য়েংঙু' খৃদীংদা ফজবগী শক্তম্লী।
স্বর্গ পুব লাইবৈপাক চীংঙু খোয়ুম লৈবাক্কুম,
য়েংঙু' মফম পুম্নমক ঙকই মিত্রং মতৌগুম।

চীংঙু মাগী খৃৎশীম্লি; খোইয়ুম মাগী থৌবাঙবু,
খঙবা ঙমদে কননা; শান্নে জীব 'পৃম্ববু।
নোংমা কোরৌ নুমিত্তা ব্রাহ্মন অহল অমনা,
তফিং-তফিং চেল্লকই পাখৎপগা লোয়ননা।
কপ্লদুনা হায়রকই অর্জ্জন মাগী মফমদা।

পিরোয়নবা ঝাহৈনা হায়রকই অর্জ্জুনদা।
তাবিয়ুনে ইবুঙো! অর্জ্জুন কোলোয় পাঙ্গনবা।
ঠাকুর সেবা তৌনবা শনবী 'মথক লৈজবা,
হৈরান্দুনা পুবিগ্রে ডাকু কাওবু খরনা।
হৌজিক্কুমক মঙায়ম্রি তান্নবিয়োলাও থুনা।
ব্রাহ্মন 'মবা তাবদা লীসু হৈবা অর্জ্জুন্না,
খুৎলাই শঙদা তম্নক্নে, খুৎলাই লৌগে হায়দুনা।
খোয়ুম মাগী নোংদম্না খুৎলাই শঙগী মনুংদা,
দ্রৌপদী যুধিষ্ঠির, অনী লৈবা উরেদা।
মমায় ওন্না থোরক্নে; অর্জ্জুন চঙবা য়াদ্রেদো।
মতৌ অদু উবদা শাওবা থেংলে ব্রাহ্মনদো।
মীৎলু পিরাং ঈহৌনা কোলোয় মপাও লাওবকই।
"করি তৌরে ফালগুনি?" শাওরদুনা হায়বকই।
নবেবাক্তা লৈবগা হূরান-চীষ্টী মীনম্বা;
য়ায়তোঙ-খমদোঙ নখোয়না ফাবীবসু ঙমদ্রবা।
রজা নিংথৌ ওইবনা অচুম- অবাম তুংওইনা,
প্রজা য়ায়েন তৌদ্রবা করি তৌনি লৈদুনা।
লৈবাক 'সিদা লৈরুবৈ করি কান্নরুগনি।
লৈবাক অসি থাদোক্নম' খুহৈলোংবনা ফরনি।
ব্রহ্মান মতৌ উবদা ফুম্বঙ্নবে অর্জ্জুনদো।
খুৎলাই-শঙদা চঙদুনা খউৎলাই তম্লৌ লৌবেদো।
খুৎলৈ থুনা ধনঞ্জয়' থুনা য়াঙ্না চত্থুনা,
হূরানবদু হাত্তোক্নম' লাক্নে শনবী পুদুনা।

হৈরাওজরে ব্রাহ্মন' দো মাঙখ্রবা সনবী ফংবদা।
পীরম্নগা আশিবর্বাদ, হনগ্রে ময়ুম মায়কৈদা।

গাণ্ডিববু খুৎশুবা তেঙ্গুহৈবা অৰ্জুন্না,
তগ্না-তগ্না চঙলক্লে মরূলৈ-দা লুক্কুনা।
যুধিষ্ঠির মনাক্তা চঙলক্কুনা নোল্লুকচৈ।
ইকাই-নুংশি য়ান্নবা ৱরী' পুন্না হঙ্গচৈচ।
তাবিসীনে য়াম্নুংও! তোল্ল' ননাও অৰ্জুন্না,
ঙসি কোবৌ নুমিত্তা লানথ্রে য়াম্নুংদা ঐনা।
অয়োন-অবান' ঙাকপিয়ু য়াম্নুং ম্না চয়ন্না।
চুমদা থবক তৌখবে নাবদৈ নিয়ম থুগাই'না।
বনগী মায়কৈ তমগ্রেগে ঙসি কোয়ৌ নোংশিদা।
বিদায় পীনবীবোনে খুকমজরি চবনদা।
কোলোয়বকই যুধিষ্ঠব অৰ্জুন য়াবা তাবদা
কবিৱানো ফাঙনী! নুংশি হৈত' মাল্লিদা।
'দুবু দোষ কৌববা? কৈসু লৈত' দুগীবু।
বনদা চৎপা হৌনব্রা থাদোক্কুনা 'খোয়বু।
ফনা খামই যুধিষ্টব, য়াবা লৈতে অৰ্জুন্না।
হঙ্গচৈচদো কিবিটি পিরোয়নবা য়াবানা।
য়াম্নুং 'বুহো নুংশিবা তাকপিবিবা পূন্নমক,
ননাও ওইবৈ প্রেমদুনা হায়ীববনি মাদুমক।
মালেম লৈবাক অপেৎপা খুৎমেৎ চানা মেত্তুনা,
অপাম চবৈ নমখাঙদা শঙ্নীং 'মত্তঙ 'তুংইন্না।
অহৌ 'চবৈ নমখাঙদা শাঙনীং' মচু শঙ্নদো,
মানা-মানা পামজবা মখল-মথেল মক্কুদো।
ধর্ম্ম মাগী মবমদা অপাম' মওঙ' মতুংইন্না।
অঙৌ' চবৈ নমখাঙদা শঙনাং' মচু শঙনৈদো,
ধর্ম্ম-মাগী মবমদা অপাম' মওঙ শেম্বদী,
ধর্ম্ম হিংসা কৌইদো পামজদেনে মাদুদি।
বনগী মায়কৈ পাংলগে নিয়ম কায়দননবা,

টিংন' পরে থাংদনা বিদায় পীনবিরোবা।
অসুম তৌনা অর্জুনদো যথিষ্টির' টিংবদা,
লোইনা বিদায় নিজরে, মচীল মনাও 'পুন্নদা।
রাজা চিত্রবাহনগী মমোম চিত্রাঙ্গদানি
তালোয়'শিংদা চন্দুনা লৈ'বা চহি অমনি।
'দুদগী 'মুক লাকপনা খা-সমুদ্র যৌবক্তে।
মফম খুদীং অর্জুনা ঈরু মায়থজাবাক্তে।
থরা চৎলে হায়রগা 'দুদে অমুক লাকপদা,
পঞ্চতীর্থ মিংগৌবা থুং'লে মফম অদুদা।
মফম 'দুদা লৈবম্বা হায়নবম্মী মুনি'না,
"থীর্থ' সিদা লুপচবা ফংলবদি তাইবঙ্গন।
অশ্বমেধ যজ্ঞগী মহে ফংগি মহাক্না"।
নাপী-শীংনা কয়ানা কুপশিন্দুনা লৈখবে।
কয়া' শোঙলে মফম'দো ঈশিং মশক উদবে।
ঙক্লদুনা অর্জুন্না হংজে মুনি ঋষিদা।
"তাবিয়ুনে ঋষিশিং তাকফিয়ুনে ননাইদা।
অসুক মগুন চাওববা তীর্থ'সিদা কবন্না,
চঙনদ্রিবা 'তাকপয়ি নমু তাইবঙ জীবনা।"
মুনিশিংনা হায়বকই অর্জুন মপাও তাবদা।
"কুমভিব ঙাক্তা লৈবনি তীর্থ'সিগী মনুংদা।
তাবো কন্তী মপাবি! কুম্ভীবয়ু কিবনা,
মফম'সিদা চঙনদে নমু তাইবঙ কননা।
মীনিল তাবা য়াদ্রবা চাওর'কুম্ভীব ঙাক্তনি।
চঙলুগনু কিবিটি খুদোংথিবা থোক্কনি।"
ইন্দ্রবাজ মপরি 'অকিবনা' কিরবা,
চঙশিল্লক্তে অর্জু'দো অকি'শরুক থুংদ্রবা।
সৌভদ্র কোলোয়নবা তীর্থ'দুদা কুমলেদো।

অকি'মচেৎ পক্লবা, লাইকিদবা অৰ্জুন'দো।
ক্ষেত্রি শাগে'লক্তগী অথোইবেম্বা মহাক্রি।
চিংন'য়াখল লৈতনা য়ান তৌরেদো ফাকনী।
মীনিল খোল তাবদা খুন্তীর'দো থোরক্লে।
মরা কাথেক্লদুনা অৰ্জুন' মখোঙ' উন্নক্লে।
সূপকোন কোপিল্লদুনা কুন্তীববু অৰ্জুনা,
কংকাল ভানা চোংখৎলে পাংগন কনবা মহাক্লা।
কংকাল য়ৌবা 'কান্দদি কুন্তীব মুৰ্ত্তি থাদোক্লে।
মশক মতৌ ফজবী নুপী শক্তম ওইরক্লে।
ঙক্লদুনা অৰ্জুন্না হংই নোজা মঙোনদা।
"হায়য়ু তাসী নীংথিবী! তম্মু নপাও ঐঙোন্দা।
কুন্তীব' শক্তম লৌদুনা লাইজ'নুংদা লৈবম্বা
মরম কবিদগীনো? হায়য়ু তাশি অশেংবা।"
কোলোয়বকই নিংথিবী, অৰ্জুন মপাও তাবদা।
"তাবীয়ুনে কৌন্তেয়! ইপাও তমগে নঙোন্দা।
কুবেবগী মনাইনি জগোই সাবী ঙাক্তনি।
অসুম তৌনা লৈরিবা নুপী ঐখোয় মঙানি।
মীগে তাবো বারী'সে পাংগন কনবা মঙোন্দা।
লাইবক থীবী ঐখোয়গী ওইখিবা 'দু নোং'দুদা
নোংমা কোবৌ নুমিত্তা তপবনদা লাইনিংবা,
মুনি অমা লৈরই, মতীক মগুণ চাওরবা।
নহা ওইবে হৌনবা ঐখোয় মঙা অদুনা,
মুনি মাবু লক্লরুই হেদোই হেরাও কাদুনা,
খোয়শাওনরবা মুনি'দো মখা ক্রক-ক্রক চীক্লকই।
ঐখোয় মঙা' য়েংদুনা ব্রমাশাপপু তৌরকই।"
"বারক্তবী ওক্তবী! নখোয় মঙা তাজরো।
কুন্তীর' শক্তম ওন্দুনা লাইজ 'নুংদা লৈরুরো।

শাপান্তক্কত্তি তাকপিগে অদুম অদুম ওইনবু।
কনগুম্বা অমনা নখোয় মঙা অসিবু,
লৌশংশিয়ক্কবদি লাইহ্জ ঈশিং 'নুংদগী।
তীনকোকচবা ওইদুনা মর্ত্তি পংজৌ তাইবঙগী।"
লম্বী লমসাং লাকপদা বীথিমাগী নোংদম্না,
ব্রহ্ম ঋষি নারদা তাকফিরকই মহাক্না।
"মতম খরা লৈরুরো কুম্ভীর শক্তম লৌদুনা।
পান্দু মচা অর্জ্জুনা তীর্থ কোয়বা লাকনি।
অর্জ্জুন খুৎনা শোকপদা ব্রহ্মশাপতো কোক্কনি।"
নারদনা তাক্লম্বা বাফম অদু শোয়দরে।
নঙগী খুৎনা শোকপদা ব্রহ্ম শাপতো কোকখবে।
নুমিৎ থানা ওাল্লি'শৈ অর্জ্জুন নংগী নগুম্না,
শোন্নহৌবা ওইসনু মালেম পৃথি শীন' থুংনা।
অতোপ' তীর্থ মবিদা ইতা মরি লৈবনি,
কনবিরম্মু নহাক্না মখোয়বুসু ফাগুনী।
তীর্থ মরি মক্তগী তৌজান হৈবা অর্জ্জুনা,
মখোয় মরি অদু'সু কনবীরম্লে অদু'ম্না।
অরান' খুবম ফংলবী কুম্ভীর মরি অদুনা,
লাইরৈবক্তা হনখবে হান্নে মুর্ত্তি পংদুনা।
তীর্থ মফম মঙামক মতৌ অসুম তৌদুনা,
শেংদোক্লুনা থনম্লে য়েক্ল' ওম্বা অর্জ্জুনা।
অমুক হন্না ফাল্গুনী মতম কয়া' মতুংদা,
থুংলরেদো লাক্লুনা মণিপুর লৈবাক্তা।
মকু চিত্রবাহনগী কোনুং 'দুদা থুংলরে।
তাল্লোয় চিত্রাঙ্গদাগা অমুক হন্না উনরে।
তাইবঙ লৈশাং তন্নম্লে, হয়াওজরে অর্জ্জুনদো।
নাবা মাগী মমিংদি বব্রুবাহন হায়দুনা,

কোলোয় মমিং থোনখরে, বাখল বুদ্ধি তৌদুনা।
লোইদাম থাজ খরদং মফম'দুদা লৈখরে।
নাবা বভ্রুবাহনদা নিংথৌ'খুবম হাপ্পিরে।
চিত্রাঙ্গদা মফমদে বিদায় অমুক লৌদুনা,
তীর্থ কোয়বা থোরক্লে 'ইন্দ্র' ঙম্বা অর্জুন্না।
প্রভাস তীর্থদা অর্জুন কৃষ্ণ উনবা
গোকর্ণনা চিংলবা তীর্থ মফম কয়া'দা,
জগৎ ঙম্বা অর্জুন্না মথং মথং লাক্লেদো।
'দুদে অমুক লাকপনা ভাকত বর্ষে নোংচুপ্তা,
প্রভাস কৌবা তীর্থদা থুংলরেদো খৃদক্তা।
খঙদা' উদা' লৈতবা থৌজাল হৈবা কৃষ্ণনি।
অমম্বসু মহাক্লী অঙানবসু মহাক্লী।
মাগী লীলা' ফম্বাক্তা নমু তাইবঙ জীবনা,
অবা' নুংঙাই' লীলাবু য়াওরি মতম লেপ্তুনা।
ওইরক্তোবা ওইরিবা ওইগ্র' পুম্না খঙবনি।
মনাই' কৃদুম চল্লবা বিশ্বজগৎ মপুনী।
প্রভাস কৌবা তীর্থদা অর্জুন লাক্লে খঙদুনা।
দ্বারিকাগী মবুঙো কৃষ্ণচন্দ্র মহাক্না।
অর্জুন মানা পেন্নবা খৃজীল থৌরাং তৌখরে।
মদু শাগে পৃম্নমক খোল্লদুনা থাখরে।
রৈবতক-কি চীংথক্তা নখোয়' পৃম্বা চৎলল্লো।
অচা-অথক পুরম্মু লৈতেং-নুংদেং শেল্লল্লো।
চোপ্পা য়াবা নত্তেদো ইতাও অর্জুন লাকপদা।
য়াথং পীগ্রে কৃষ্ণনা নৃপী-নুপা খৃদীংদা।
নুপী-অঙাং খাক্তনা অহল-লমন খৃদীংমক,
য়াথং মচেৎ ফংবদা হরাওনরে পৃম্নমক।
অচা-অথক কয়া পুই, লৈতেং মখল কয়ানী,

ফজনবা শেন্নগী খুৎহৈবনা লীশীংনী।
বাত্ত-পাদ'পুদুনা পুম্নমক্তো চৎখরে,
রৈবতক-কি চীংথক্তা হুরাও তয়াম্নখরে।
যদু-শাগৈ 'পুম্নদা কৃষ্ণ য়াথং তৌরম্লে।
দারুক মাবু কৌদুনা দোলায় সাজন তৌহল্লে।
তীল্লগনু দারুকও ! ঙসি 'কোরৌ নোং'সিদা,
অর্জ্জুন অদো থুংলরে প্রভাস কৌবা তীর্থদা।
প্রানমক্কা মান্নবা ঐগী পুন্সী' মরুনী।
তৃম্বা-ইীপ্পা-চাবদা কাও'ঙমদবা মহাক্নী।
বসুদেব' মপারি বনমালি কৃষ্ণনা,
দোলায়'থক্তা লেঙখৎলে দারুক মাগা লোয়ননা।
মাল্লং মমাঙ থাদুনা দারুক' দোলায় থৌরক্লে।
প্রভাসকি লম্বীদা মতৌ অসুম' লেঙলক্লে।
অর্জ্জুন মানা লৈরিবা প্রভাস কৌবা তীর্থদা,
কৃষ্ণে দোলায় থুংলরে খূদক অদু মক্তদা।
কুমজা কয়া উদ্রবা, তান্ন' লমদম অদুদা,
মতু চংই অর্জ্জুন'দো মবুঙোবু উবদা।
মিংলু নাপোম অনীদা নীক-নীক লাওপ্রে পিরাংনা।
কৌজরকই কৃষ্ণবু তরাং ঈরা চেন্দুনা।
লাপ্লিঙৈ-দৈ কৌনৈদো পাম্বোম বাংনা থাংগৎনৈ।
তনিক্লবা স্বরনা "ইতাও ! ইতাও !!" মিংগৌনৈ।
অর্জ্জুন মানা পৃথিদা, কৃষ্ণ মা'না দোলায়দা,
দোলায়দগী চোংথক্লে নকশিন্নর' মতমদা।
বাঙাঙনদে অনীমক চেৎনা চান্না কোম্নিন্নে।
মিংলুদগী তারকপা পিরাংতনা পাওদম্লে।
কোকিল' স্বর' ঙমজবা নুংশিরবা য়বানা,
বাহৌরকই কৃষ্ণনা মনাই অর্জ্জুন য়েংদুনা।

করি থবক' লাক্লিবা, কদাই কদাই' য়ৌরুরে,
হায়য়ু তাসী মরূপ্লোয় নপাও তাদ' কুইখরে।"
কোলোয় মপাও তম্লকই তনিক্লবা খোঞ্জেন্না।
ইন্দ্ররাজ মপারি অর্জ্জুন কৌবা মহাক্লা।
ব্রমানগী শন হুখিবা, খুৎলাই' শঙদা চঙলুবা,
দরুপদী যুধিষ্ঠিরবু খুৎলাই' শঙদা থেংনবা"
বারী' পুম্বা তমজরে চীখ' নাছু' লৈতনা।
ইবুংঙোগী মফমদা, মথং মনাও কায়দনা।
ফরে'দুদি মরূপ্লোয়, যদু শাগৈ ময়াম্না,
রবতক-কি চীং'থক্তা লৈরি নঙবু হাইদুনা।
নহাক লাকই তাবদা বৈবতক-কি চীং'থক্তা,
উৎসব মেলা তৌরিদো অর্জ্জুন নঙগী দমক্তা।
অসুম' হায়নবদুনা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীমক,
দোলয়' থক্তা কাখৎলে খূদক্তুদা থুনমক।
শার্থৌ' হৈবা সারথি দোলায় থৌবা দাককনা,
দোলায় অদু থৌবক্লে' মাল্লং মমাঙ থাদুনা।

রৈবতক চীংগী ফজবা

রৈবতক-কি চীংথক্তা কৃষ্ণগী য়াতং' তুংইন্না,
শেম্বা শাবা লোইখরে মদু' মীয়ামশিং-দুনা।
মশীং লাকপা ঙমদ্রবা যদু' শাগৈ' মীয়াম-দো,
ঈরাঙ লাঙনৈ পুম্নমক কনাবু পোখদেদো।
চান-থক্লবা থবক্তা খর' মনা হোৎনবি।
কনাগুম্বা খরনা লম্বী শেম্বা হোৎনরি।

থেবোঙ হৈনৌ খোংনাংনা হৌখ্রি পরেং লেংদুনা।
তমাল ক্যামলৈ চীংসুউ মশীং তা'নি কননা।
যুথী, যাম, হৈগ্রু, বোরোই, কম্না' মশীং তাগনি।
চীংডু মাগী তাইবঙনি খোয়ুম মানা শেম্বনি।
মখূৎ হৈবা কয়ানা মখল মকা শেম্বনি।
প্রকৃতিগী খূৎশেমদা তাইবঙ খূৎশেম হাপচিল্লে।
পামেন উজাও পুম্নমক মখোঙ খূদীংদা,
অঙৌ' চরৈ য়েৎশিল্লে ফজখরে য়েংবদা।
অঙৌ' চরৈ' মথক্তা ধাতু মখল মখলনি।
অঙাঙ' অশং' য়ানশিল্লে পরেং পরেং কয়ানী।
অখোয়-অরাক'লৈত্রবা চুম্ন'লম্বী অদুদা,
ঙৌর' খূদৈ ফিশাংনা পরেং শানা থারেদা।
লম্বী নাকল অনীদা মচু কয়া' লৈতেংনা,
পায়মা পূক্লীং নুংঙল্লী য়াল্লি'পরেং পরেংনা।
মনম নুংশিখ্রবা চন্দন মখল কয়ানী।
আগুর-কুঙ্কুম -কঞ্জরী-যাবট, রক্ত চন্দন-নী।
চন্দন মখল কয়াবু পুল্লপ পূন্না তক্লেদো,
মফম মফম খূদীংদা লম্বী' থক্তা চাইরেদো।
চন্দন মনম ফংবদা কোইমুশিংগী শৈনা,
তাইবঙ পূক্লীং নৌহল্লি গুণ গুণ হায়বা শব্দনা।
স্বর্গপুর লাইরেবাক' মতৌ অসুম তৌরি'দ্রা?
ওম্বোক্রসু ফজরে চাংদম্নীংঙাই লৈখি'দ্রে?
মপু' সৈশক শৈইন্না বসন্ত মতম ওইরক্লে।
হৈপাল লৈপাল পুম্নমক মনা মপাল শাৎলক্লে।
লৈশক লৈচু মান্নদে সীঙেল লৈরাং কয়ানী।
জাতী-যুতী নাগেশ্বর- চিনি চমপা লৈরাংনী।
মরীচৎপী মাধবী শীঙেল লৈরাং উরীরৈ।

কামিনী কুসুম কুঞ্জো অপরামিত নুঙ্গরৈ।
মকল মথেল সনারৈ, মশীং থা'নি কননা।
কুমজা কয়া' মমাঙদৈ মরম ওক্ক' মালিক্লা,
শেম্লক্কবা লৈকোলগুম' ফজখরে ওভোক্লা।

মপু মাগী মনীংনি কোয়ুম মাগী তৌরাঙনি,
মায়া' পূম্বই মপুনী, মায়া হৈবা কৃষ্ণনি।
সুরপুরি লাইরৈবাক দেবসভা লাইয়াম্লা,
খোয়ুম কৃষ্ণ মগুণবু খঙবা ঙমদে কননা।

ঙৌর' গুলাপ' মরক্তা হাঙল' জবাকুসুমনা,
মখল কয়াই লৈরাংসিং সাংলি খন্না খন্ননা।
কবোক্কেগী পাম্বীদা নুঙ্গাবৈনা য়েৎলরি।
নকগেশ্বব' পাম্বীদা অপ্রাজিত তাংজবি।
মবী চংপী মাধবী তাংজবনা 'শিন ওইবি।
চিনি চম্পা পাম্বীদা ওই-ন ওই-ন য়েৎলবি।
মলয়া পব র্বত চীংদগী তপ্না হুম্বা মাল্লং'না,
লিরি কোভদোই হুল্লক্কে মপুই থম্মোয় শৈইন্না।
সীঙেল লৈনম ফংবদা কঙাওনর' খোইমুনা,
'মদা তোংসি তোংঙমদা' লৈরি গুঙ-গুঙ হংদুনা।
হৈনৌপাম্বী মসাদা কোকিল লাবা অমোম্লা,
কুহু-কুহু শৈশক্কি হৈনৌ মপাল উমদুনা।
চোঙা তেনবাশিংনা জুরা জুরা চীনওক্কে,
বোকুল' পাম্বী মতক্তা কোকিল' স্বব শৈওক্কে।
লৈখোক সোনবী লৈরাংসিং মাল্লং সউম পংবদা,
চোইনা চোইনা কেল্লক্কি মালেম পৃতি' লৈমায়দা।
স্বর্ঘ লাইরৈবাক্তগী দেব সভা লাইয়াম্লা,
পূক্লীং হূন' মশক্লী, চাইথরকপা লৈগুম্লা।

নহা কাঙবু কয়ানী জগোই ঈশৈ হৈরবা।

যন্ত্র মকল কয়ানী খোংন-নবা য়বেবা।
পুংয়েবনা পুংয়েবে যন্ত্র কয়া খোংলক্লে।
যন্ত্র-স্বব লোয়ননা শৈশকপীনা শৈশক্লে।
ঈশৈ বাগ হৌবক্লে সুমাৎনবা স্ববদা।
তাইবঙ পূক্লীং নুওল্লে ঈশৈ' স্বব তাবদা।
লৈসাবী পাখং কয়ানা সীঙেল' চবোং হেক্লবি।
লৈকোল খূদীং চঙদুনা হবাও তয়াম' শান্নবি।
বসুদেব উগ্রসেন মীয়ামনীদো য়ামগ্রবা।
অক্রূব-উদ্ধব-জয়সেনা মসীং থাবা ঙমদ্রবা।
চারুদেষ্ণ- সাত্যকি-বলভদ্র-প্রদ্যুম্ন,
শাম্ব মানা চিংলবা, গদ অমদি সাবন।
দেবকীসু য়াওবিদো কৃষ্ণ পোকপী পলেমনী।
বতি মাসু যাওবক্লি, ভদনা শচী বোহিনী।
ভীষ্নবা মাগী মমোল্লোয় সত্যভামা অথোইবী।
শ্রী গোবিন্দ মহাক্নী বানী' লক্তে অহেনবী।
নগ্নেজিতা, লক্ষনা, কালিন্দী, জাম্ববতী,
মিত্রবিন্দা, উষা, বত্নভূষা, ভদ্রবতী।
চন্দ্রাবতী অমদি প্রভাবতী কৌববী।
'শক্তা 'চুদা যেংবদা জগৎতগী থোইববা।
শ্রী গোবিন্দ মহাক্তী তাল্লোয় বানী হাক্তনী।
তাল্লোযশি'দু কৃষ্ণগী লীসীং তবাতব্রক্লী।
লোইবী চীংগী চীং'থক্তা নুপী তেংগোল ময়াম-দো
নুপী' বক্তে 'থোইবীশিং বৈবতক-তা লাক্লেদো।
মদু' নুপী ময়াম'দো অঙকপনি য়েংবদা।
উনা' বক্তা সান্নবি লৈবাং লৈকোল খূদীংদা।
পান্নী' খক্তা সাৎলিবা শীঙেল ওইনা সাৎলেদো,
লৈবাংশিংগী মবক্তা, ফজব' নুপী ময়াম২দো।

তল্লা পামেন লৈরাংদা লৈরাং শায়োন লৌখরে।
নমু তাইবগু জীবনা শীঙেল' লক্কা তিনখরে।
লৈরাং পামেন উশাদে শীঙেল চরোং হেক্তনা,
অমনা 'মদা শীনরি খাক্লা-খক্লা নোক্কুনা।

আগুর-কুঙ্কুম-কসচৌরি' মনমতনা হারবী,
নুপী ঙা'ক্লী ময়াম'দো, শীঙেল শক্তম্নরবী।
চন্দন মনম চতাবদা মমায় থকপা খোইমুনা,
কোয়তান-তান্না ঙংলরি লৈরাং শাৎলে খন্দুনা।
নুপী ময়াম অদুনা পাখত্তুনা চেন্নরি।
অউবা, ময়ামশিং' দুনা ৱাৱা-ৱাৱা নোক্নরি।

লৈরিঙৈগী মতমদা মতৌ অসুম তৌদুনা।
কৃষ্ণ অর্জ্জুন থুংলরে, দাকক' দোলায় থৌদুনা।
অর্জ্জুন লাক্লে তাবদা যদু শাগৈ' মীয়ম'দো,
অর্জ্জুন ওক্লে হায়দুনা ৱাৱা-প্রপ-প্রপ চেন্নৈদো।

কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনীমক দোলায়' মদা তোংমিন্নৈ।
অকনবগী মুর্ত্তিনী নোংশা সাবান শক্তম্নৈ।
কুচু শংবানরবা শক'ওগু শক্তম মান্নরি।
কিরটি কুণ্ডল'লৈতেংই বনমালা নীংথিরি।
মনি রতন কয়ানা নীংথিজরি ঙকশমদা।
সন্না ফীগে থোল্লীদো পূক্লীং হুইদো য়েংবদা।
ঙাঙ্গ্রান্নবা চীম্বান্দা মোমোন মীনোক তম্বদি,
নাপনা ময়াই চঙ্কল্লী, নাৱাংলবী যুভতী'।
য়েক্লবনা উরগা প্রলয় যমগী শক্তম্লী।
নুংশিবনা উরগা শামুমচা' মক্তঙনী।
মান্নখরে ওন্থোক্লা কৃষ্ণ অর্জ্জুন অনী'দো।
কৃষ্ণ মাবু অর্জ্জুননী, কনা'মনা হায়নৈদো।
অর্জ্জুন'বুনা কৃষ্ণনি হায়রকইদো কনানা।

অৰ্জ্জুন' য়েংগদবগী ক্রক-ক্রক ঈন্নে মীতনা।
ইন্দ্রবাজ' মপাবি দোলায়দগী কুমথবে।
বসুদেব মহাক্কী চবন'ভক্তি কচ্চবে।
অৱা-নুংঙাই পাওহংই অৰ্জ্জুন মাগী মফমদা।
অৰ্জ্জুন মা'না তমজবে, ৱাবী ৱাখোঙ মাঙোন্দা।
"চহি তবানীথোইনী নাবদ' ৱায়েন 'তুংইন্না,
তীর্থ কোয়বা চচ্চরি" তন্নে ৱারী সুগায়না।
তাকপি'বসুদেবনা, "কবি ৱাবি ফাল্গুনী?
চহি কুম'শীং সুদ্রিফাও' ঐখোয়গা লৈমিন্ন'নি।"
বলভদ্র, ইগ্রসেন, সাত্যকিনা চিংলবা,
ৱাবী-ৱাতায় শানবে মথং-মথং অপূন্বা।
বৈবতক-কি চীং'থক্তা ময়াম'দুগা লোয়ননা।
কাখৎলক্লে অৰ্জ্জুন'দো হবাও তয়াম্নদুনা।
যদু শাগৈ নুপীশিং অথেন পোৎপু পুবকই,
অৰ্জ্জুন মাগীদমক্তা মবী-মবী চঙ্লকঈ।
খুকম' য়াবা খুকম্লে, কৌন'যাবা কৌনবে।
অৱা-নুংঙাই পাওহংনৈ, হবাও হবাও নোক্লবে।
বসুবেব' মমোন্নোই মতম অদুমক্তদা,
কৃষ্ণ মাগী মচন'দো লাক্লে খ্লাইগী 'তুংদ্রুদা।
যদু সাগৈ' লৈকোন্নুং' নৌনা লৈশাৎ তন্নিবী
সুভদ্রাবু কৌববী, লৈরাংনিদ্রে শাদংনিবী।
যুবতীগী হৌনবা য়েংভু' খূদীং ৱাত্তেদো।
মনম নুংশিত্র' থাও তৈ, খোইখোয় তাবা শন্নাংদো।
আগুব, কস্তুবী, কুঙ্কুম, চন্দন মখল কয়ানা,
তাইবঙ থম্মোয় সুন্মৎনৈ, চন্দন মনম'দুতনা।
চন্দন মনম তাবদা খোইমুশিংগী মপৈনা,
-'ভদ্রা' নাক্তা ঙংলবি, পাম্বী' লৈবাং তা'দুনা।

নাদা য়াম্লি' নাইন্না, নূরা মাগী নাপদা,
লেঙলু-শোক্লু' য়াওদনা হাইজরিদো মথন্'দা।
পুর্ন্নিমাগী থাজনা নোজা মায়থোং উবদা,
নোংদোন' লৈচিন মরক্তা ঈকাইদুনা লোৎখিদা।
থোয়দিং' মপাল' ঙমজৈদা তাথরকপী নাতোন্না।
নীংঙি খোয়রুম তৌ-বোইদা, ঙঙ্গ্রান্নবী চীনবান্না
নূরা মিৎল্লা থম্‌ন্না য়ারৌ শক্তি' মিত্তনী।
খোইমু ওইবা কয়াগী থম্মোয় কঙাওনফম্নী।
পীসূম অনী অদুনা কাম কৌবা লাই'দুগী,
"ফুল ধনু" কৌরবা, লীকং মওঙনী লৈগী।
চেদা য়েকপা লাইগুম্মি বাঙাঙ' হৈদো' মান্দেদা।
ঙাওরোইদবা কনা লৈ নোজা চেংলৌ উবদা।
চাদ-থক্ত' লৈখ্রবা যোগি ঋষি ফাওবদা,
লাইনিং-লম্বী কাওগনি নূবা মায়থোং উবদা।
ঈশিং য়োৎপা উরবা ভদ্রা মাগী চবমনী।
ঙকশম মতা ফবদা, মনি রতন লৈতেংনী।
থবক ঙানফম ল্তৈনীদা চরৈ ফিনা থাখুম্নৈ।
মখল মখা' লৈতেংনা থবা'ক্তুদা ঙাম্ছোইনৈ।
পুর্ন্নিমাগী থাজবু খূল্লবসু লৈচিন্না,
মালেম তাবা পাম্বোম্মা লৈরো'ন্নুংগী থম্বৌনি।
ম্না খূজি কয়ানা নোজা খূদাং' ঙাম্ছোইবি।
তথোৎলবী খূৎশাদা মনি' খূদোপ' ঙাম্ছোইবি।
সুপুক তাবা শাডিনা, তারকপ'দো খুবোমদা,
থম্বাল' লৈয়োন থমচেত্তা লৈরিক্লা য়োম'গুম্মীদা।
দেবকীগী মমোম্নী রাম কৃষ্ণগী মচন্নী।
য়েঙ্গু' মফম খূদীংদা অব্বাৎপা লৈতবীনী।
মরেপ ঝাংবা পাম্বনা ঝাংবোই অদু মউনৈ।

নেম্বা পাম্বা কাংবু নেম্বোই' অদুম মখম্নে।
    খ্বায়মক্কী মতুংদা সুভদ্রানা লাকপ'দো,
মিংয়েং মপা চুম্লরু' অর্জ্জুনমা'না উরেদা।
শুঙ্কংখরে ফাল্গুনী মিংফম হোংবা গুমদরে।
মণ্ডল-মণ্ডল অর্জ্জুন্না থম্মোয়'নুংদা খনখরে।
"কনাই মচা মশু নো নোজা'সিদি ফজৈদা।"
অর্জ্জুন থম্মোয় খোয়রাংই সুভদ্রাবু উবদা।
    মবুঙো শ্রী কৃষ্ণদা হংজরকই অর্জ্জুন্না।
হংগোইনদা' হৌনবা ঈচম চম্বা ৱাহৈনা।
"খ্বায়গী চতুংদা চৎলিবী সামু'শাজৎ' গুমজবী,
নোজা'সীবু কনানো, শাজি'মিত্তা মাল্লবী।
চিত্রকরগী লাইগুম্না 'ৱাৎপা 'মতা লৈতেদা।
ফজখ্রেদা মরুপলোই, মিংফম হোংবা য়াদেদা।
উনা 'রক্তা লোৎলিবী লৈকোনুংগী লৈরাংলা।
মপু মাগী ইংখোলদা মালিক লৈবী শীঙেল্লা।
নোজা চেংলৌ উবদা যৌবন' পুল্লী মাল্লীদা।
পল্খৌ কনা' মমোম্নো তাকপিয়ুবা ঐঙোন্দা।"
    অর্জ্জুন 'য়াৱা তাবদা মোমোন নোকই কৃষম্শদো।
খণ্ড 'উদ'লৈতবা জগৎ' মপু মা'নীদো।
মনাই' থম্মোয় উদুনা কোলোয়রকই কৃষ্ণদো।
মনাইনা খুদুম চনবা বিশ্ব জগৎ মপুনা।
    "সারন মা'গা পোকমিন্নে বসুদেব' মমোম্নী।
কৌই কোলোয় সুভদ্রা কৃষ্ণ ঐগী ঈচন্নী।
খোয়দা' লৈপুন থেংনদ্রি লুহোংঃখোঙদোং' তৌদ্রিদা,
ফজব্রনে অসিবো ইতাও নঙনা য়েংবদা?"
    কৃষ্ণনা ৱাহৈ তাবদা খংপেক খংই অর্জ্জুন'দো।
অতোপ্পগী খন্দুনা মা'না হংলুবনীদো।

ঈনক নক্লা কৃষ্ণগী মচল ওইরম্লবদা,
মরু লৈ'দা লৃকথরে তৌফম খঙজখিদ্রেদা,
মরাল লৈর'বন্দিনা বিচারপতি' মমাঙদা,
ৱাঙাঙ' থোক্তবগুমখ্রে মরাল লোৎকে তৌবদা।
ঈকাইখ্রেদা অর্জ্জুন'দো নুংসা শানা মমখরে।
মনাই' পূক্লীং উদুনা কৃষ্ণ থম্মোয়' নোকখরে।
যদু শাগৈ ময়ামগী নুপী-নুপা পূম্নমক,
রৈবতক-কী চীং'থক্তা কাখৎনখ্রে খূদীংমক।
দেবকীগী মপারি যদু মনি কৃষ্ণনি।
সত্যভামা' সুভদ্রা' লাকমিন্নরি অনী'দো।
অর্জ্জুন চেংলৌ উবদা সুম্মৎকবে সুভাদ্রা'দো।
তীনপা-লাইফা-নপ্রেবা নমু তাইবঙ জীবগুম,
মকোঙ থাংবা ঙমখিদ্রে নুংনা শাবা মুর্ত্তিগুম।
থবায় হকচাং কৎখরে নোজা থম্মোয় লৈকোন্দা।
চীংঙু লাইগুম' লাত্তুনা অর্জ্জুন মাগী মর্ত্তিদা।
নুরা পায়মা লাইয়ামও ! তোল্লবীনা হায়জবি।
"হে খোয়ুম লাইয়াম ও ! তোল্লবীনা হায়জরি।
অর্জ্জুন মাগী মপমদা ৱাইতুংজবা পীবীয়ু।
খোয়ুম বিধি নহাক্লা সতী ধর্ম্ম কনবীয়ু।"
থৌনি'রক্লে সুভদ্রা' খোয়ুম মাবু থাগোন্না',
নুরা' মিৎসনা থম্বালদা তরং'ঈরা চেন্দুনা।
করম তৌ'না ওইখ্রিবা ৱাংলেন মিৎকুপ অদুদা।
ওন্তোকপনি নুংশিবা ! নঙগী' ঘুণ'সে কনখ্রেদা।
করম থৌনা ওইখ্রিবা ৱাংলেন মিৎকুপ অদুদা।
"করি তৌরে সুভদ্রা, লাকওদনা ইবেম্মা।"
কৌরকইদো 'ভদ্রাবু সত্যভামা মনম্মা'।
"হৌগৎলকও লাকওনে করি' ফম'না লৈরিবা?

চৎনথরে পূম্নমক নঙদি করি তৌরিবা?"
সত্যবামা মহাক্না হন্না য়েংলু' কান্দদি,
ফন্নদুনা লৈরন্নে মচল' বেম্মা ভদ্রাদি।
ঙসাই মখৈ 'সুভদ্রা, খোন্নেন মঙলান মঙলমই,
মনম্মানা কৌ'বদা তাইবঙ মঙফাওনরকই।
মনম্মাবু য়েংলগা মিৎন্না ঈরা চেন্দুনা,
য়াব্রা মপাও মেল্লকঈ সত্যভামা কৌদুনা।
"তাবীয়ুনে ইনম্মা! তিংখং অমা য়ুখরে।
তিংখং-চৈনা অসিনা ঈখোঙ থাংবা ঙমদবে।
অমুক্তাদি শমদুনা পুবিয়ুনে ঈনম্মা।"
ওইদ ওই-বোই নীংদুনা চঙশিল্লক্নে মনম্মা।
সুভদ্রাগী মখোঙদা নোম্বদুনা য়েংলক্নে।
তিংখং য়ুফম লৈবদ্রে, শাওদুনা চৈরক্নে।
"ঙাওশিন্নরি করিগী লঙ্নরিব্রা ঐহাকপু।
অঙাংমচা সাদুনা; ঙাওরবরা নহাকপু।"
সুভদ্রানা হায়জৈদো তনিক্লবা য়াব্রানা।
মনম্মাগী মফমদা মতেক মতেক ব্রাহৈনা।
"তবিয়ুনে হঈনম্মা! তৌ' ঙম্বীনী খনবি'নু।
নচল ঐবু ঈনম্মা, ঈকাই 'খঙদে হায়বি'নু।
ঙসি' কোরৌ নুমিত্তা অর্জ্জুন মাগী মায়থোংনা,
থম্মোয়'সিদা চীকখরে মহূ পুবা লিনগুম্না।
মিৎনা উবা ফংইদো 'পানদা য়ূবা তিংখংদি।
নুশিরবী ঈনম্মা! ঈতা কোলোয়নগেনে।
হকচাং কায়াৎ খূদীংমক হূনা শীনবা থুংপ্রেনে।
থাদোকপিয়ু ইতারোয় ঈখোঙ থাংবা ঙমদরে।
হকচাং পোলাং 'নুংদগী থবায় চেক্লা পাই'দৌরে।"
'ভদ্রা 'য়াব্রা তাবদা খংপেক খংই মনম্মা।

"করি হায়বা সুভদ্রা ঙাওরবরা ঈবেম্মা?
বসুদেব' মমোম্নী রাম কৃষ্ণগী মচম্নী।
মরোল অহুম' জীবনা শকখঙনবা শাগেনী।
চোপহন্নবা শীল্লিত্রা নবুং নৌপবা 'পুম্বদা।
ঈকাইদবী মায়থাবী লাইমা ঈকাই 'খঙদেদা।
মতৌ অসুম তৌবদি লল্লানববু উরগা,
করি হায়নখিগনি অতাবনা তাম্বগা।
মতুংদসু লাক্লরোই, মমাঙদসু থোকখিদে।
চৎলো চৎসি মায়থাবী ঈকাইবসু খঙমন্দে।"
রাজশ্রেদা ভদ্রা'দো মীচৈ অদু তাবদা।
তরং ঈরা চেঞ্জখি মিৎম্না থম্বাল অনীদা।
হীকহৈরবা য়াবানা কোলোয়রকই মহাক্না।
"নীঙোল ওইবী মপোক'সে তোল্লিদকো ওম্বোক্রা।
থম্মোয় 'নুংগী মৈচাক'সে তল্লসিগে কনাদা।
পোন্দা য়োকপা চেক্লাগুম' ঈনীং তৌবা ঙমদেদা।
খোয়ুম নঙগী খৃৎশেম'সে মীচঙ মীখায় নাইমল্লী।
পাংগল শোনবী ঐহাকপু করিগী 'সুক রাহল্লি?"
মনম্মানা হায়রকই; "সুভদ্রা! করি হায়বা?
নুপী জাতি ঐখোয়বু অদুক তোম্ব'ঙাঙলিবা।
নুপী শক্তম ওইরিবী মালেম পৃথি লৈমনা,
তাইবঙ জীব 'পুম্ববু য়োকপিরি লুন্না চান্না।
মালেম পৃথি লৈশেমঙৈ' নুপী হান্না শেমখিদো।
নুপী কোলোয় মিংলেন্না মঙ্গল' শক ওইনৈদো।
নারায়ন্না কোল্লীদো, লক্ষী হান্না শোল্লগা।
দুর্গা হান্না শোম্নেদো মহাদেব' থল্লগা।
রাম সীতা হায়নদে, সীতারাম হায়নৈনে।
হম্ব' রাখল খনগনু নুপী' মগুণ চাওবনে।

সনা ম্যুপা' মথক্তা খোঙনেৎননা লৈববা',
নুপী য়াওদ' লৈব'দি কৌবা লয়াদে য়ুম্বানবা।
নুপী য়াওনা লৈব'দি নাবক শীংলক' ওইব'সু,
তাইবঙ য়ুম্বান' কৌইদো, উখোঙ-ৰাখোঙ' লৈর'সু।
নুপীদগী শেমখিদো জগৎ' জীবা খূদিংমক।
নুপীদগী চাওখৎলী শাগৈ-নাতৈ পুম্নমক।"
সুভদ্রানা হায়বকই সত্যভাম্যা' মফমদা।
"তাকপিবিবা পুম্নমক অচুম্বনি চুম্মীদা।
অদুম-অদুম ওই'নসু নীপা য়াওদ' হিংব্রু,
ঙম্নব্রনে ঈনম্মা; তাইবঙ মাল্লঙ অসিবু?"
মোমোন মীনোক্লদুনা খুম্লকঈদো মনম্মা'।
"ৰাকগনু সুভদ্রা ঐহাক লৈবি ইবেম্মা।
শাগৈ জাত্তা ফববা, মবল-মথুম লৈববা,
থিবীগনি ঐহাক্লা মশক-মতৌ ফজবা।"
সত্যভামা মনম্মৈ' লক্লা' ৰাহৈ অদুনা,
নুবা থম্মোয় শোকখ্রবোই কপ্লক্লেদো হীক-হীক্লা।
"ও: ঈনম্মা ওম্বোকই থম্মোয় পান্দ' মানখ্রেদা।
খোঙদাবক্তবৰনে যৌবন' পুন্সী' লম্লীদা।
লক্লবিবোই নহাক্তি ঐনা ৰাব' কান' সিদা।
কবি থম্মোয় কৌবগে পায়মা পূকচেল কল্লীদা।
ফবে-ফবে চান্নবী, নমিৎ থীৎনা য়েংবিবো।
পুন্সী' অৱা' মতাংসে কূম্মৈগুম্না খনবিবো।
অর্জ্জুন মাবু ফংদ্রবা, ঙসি' কোৰৌ অসিদা,
আত্মা ঘাটপু তৌদুনা নিঙোল য়াইবী মাঙগেদা।
অদুগনে ঈনম্মা! কাওবিগনু 'সীমদি।
ঈনম্মানা পুবিহৌ নচল হাৎপা দোষদি।"
ওম্বোকপনী প্রনয়ী, মগুণ চাওখ্রে নহাক'সে।

মগুণ থাবা ঙম্নেদো জগৎ 'পৃম্বে গোৎ'শক'সে।
প্রেম নহাক্কী নগুণদি হায়বা ঙমদে কনানা।
স্বর্গ মা'না বাংবরা? মহেল্লীদো নহাক্লা।
মালেম পৃথিদগীসু প্রেম নঙনা লুম্মীনে।
খাম্বি মৈনা শাবরা? প্রেম মা'না হেল্লীনে।
লাইজ মা'না ঈংবরা? প্রেম নঙনা ঈংইদো।
অশাবসু নহাক্কী অঈংবসু নঙনীদো।

সুভদ্রাগী মতৌ'দা নুংঙাইরক্সে মনম্মা।
"নতৌ য়েংগে তৌবনি চৎ'সী চৎলো ঈবেম্মা।
নয়াম্বুং শ্রী কৃষ্ণগী বানী 'থোইবী ঐনীনে।
ঐনা ঙমদা' থবকপু তাইবঙ 'সিদা লৈব্রনে।
ঙসি' কোরৌ নোংসিদা 'খৃৎতা অর্জ্জুন শিন্ন'নি।
সত্যভামা' ঈথৌনা ঙসি'সিদা খঙগনি।
ঙমদা' মতাং থোক্লবা, কৃষ্ণ' সাক্ষি ওইসনু।
সত্যভামা' ঈমিংসে মালেমদগী মূৎ'সনু।"

অসুম' বাশক্লদুনা অনীম'ক্তো চৎখবে।
য়োইময়াই মালেমে 'ঙানবা নোংচুপ চীংয়া তমখবে।
পোম্বী চেক্লা কয়ানা মহুম' মায়কৈ তল্লক্লে।
ঈংলবা মলয়ানা তপ্পা লিবি হুল্লক্লে।
কৃষ্ণ অর্জ্জুন' লোয়ননা যদু শাগৈ মীয়ামদো,
লোইবী রৈবতক-তগী দ্বাবিকাদা হনখেনদো।

দ্বীরিকাগী কোনুংদা কৃষ্ণ মা'না শাব্দুনা,
অর্জ্জুন মা'না লৈনবা শেমখরেদো নীংথিনা।
কোরৌ ফীরূক খুমখরে মালেম 'ঙানবা মমখরে।
বনমালি কৃষ্ণ'দো শৈয্যা'থক্তা চেপখবে।
মবুঙোগী চরনদা সত্যভামা শকহেনবী,
সেবা থৌগল তৌজরি, রানী 'লক্তে অথোইবী।

সুভদ্রাগী ৱারী'দো কৃষ্ণদা তম্লে লোইনা।
মোমোন মীনোক্লদুনা য়াথংলকই কৃষ্ণনা,
কুইনা উনখিদ্রবা অর্জ্জুন মা'না লাক্লিবা;
"করি খুদোল তৌরগা ফাল্গুনীনা পেনগহবা।"
ওহোক্লা তান চারেদা ঐ'সু খল্লীবনিদো।
ঙসি' অহিং' সিতদি পম্থখিবা তারেদো।
হয়েং' ঈনুং ঙাল্লগা ঈচল নূপী 'ভদ্রা'সি,
ইতাও অর্জ্জুন' মফমদা খুদোল ওইনা পীগ্রসী।
সত্যভামা মাহাক্লা কৃষ্ণ য়াথং তাবদা,
হৈ-শিংলবী ইবেম্মা, হায়জরকই কৃষ্ণদা।
"মাঙলে মাঙলে ইবুঙো! মাদু য়াবা নত্রেনে।
মচল 'বেম্মা 'ভদ্রাদো শরী নমুং তৌখেননে।"
"ঙসি কোয়ৌ নোং'সিদা ফংদ্রবদি ফাল্গুনী,
আল্লা ঘাতপু তৌদুনা নিঙোল' য়াইবী থাগনী।"
অসুম' ৱাশখখরেনে ৱাশক' চেৎপী 'ভদ্রা'দো।
থম্মোয় কনবী মাহাক্লী হায়গ্র' হোংদবীনীদো।
সত্যভামা' মপাও তা' কৃষ্ণ' য়াথংলকইদো।
মাদু য়ৌরক্লবদি ঐগী তৌফম লৈত্রেদো।
করি করম তৌসিগে, নঙনা থোকপা তৌরুবো।
নুপী মশেল নখোয়না ফন-ফন' সীল্লুবো।
কৃষ্ণ' পুক্লীং খঙুদা সত্যভামা মহাক্লা,
অর্জ্জুন নাক্তা চৎখরে সুভদ্রাবু পুদুনা।
মতম'দুদি অর্জ্জুন'দো চাবা থকপা লোইরম্লে।
থোঙগী পৌরোন লোন্দুনা খোম্লেন তুমখুন তাল্লম্লে।
"অর্জ্জুন অর্জ্জুন" হৌদোকই সত্যভামা মহাক্লা।
"তুম্লবরা নহাকপো? থোঙ'সী 'মুক্তা হামউনা।
"কনা ওইবিরবনো?" পাওহংলকই অর্জ্জুননা।

"অক' থবক অমগী লাক্লিবনি ঐঅসী।
থোঙ'সী 'মুক্তা হায়উনে ৱাবী 'মতা শানসী।"
অৰ্জ্জুন মা'না খুন্নকই; অহিং' মমৈ ওইবক্লে।
লেঙবিরকপা করিগী? ঋ্যাংলৌ মতম থেঙলক্লে।
ননাই অমা থাবীরক' তানগদৌ'লৈরগা,
লাকচগনি ঐহাক্লা য়াথং অদু ফংবগা।
'দূদী তৌবীদদুনা সেঙলকপদি'বেস্মানা,
কবিমতৌ কৌবগে ওন্ন-তৈনবেদনা।
তাকপি'পূন্না তা-নসী ঈনুং ঙাল্ল' মতমদা।
তাংলৌ মতম থেঙলক্লে লেঙবিবসী মন্দিবদা।
ৱাবী মখা তাবকই সত্যভামা মহাক্লা।
পাওথাঙ যাবা নংখিদ্রে থবক মঙও অসিনা।
মবম'দূনা লাকপনি ঈশামক্লা নফমদা।
ৱাখ্রেদকো কিবিটি নঙগীদমক খনবদা।
চাফম থকফম খঙদেদো সত্যভামা ঐহাক্লা।
মঙা'সেবা তৌবিদো দ্রোপদী মথস্তনা।
সেবা ননীং থুংলক্তা' তীর্থ কোয়বা লাকপনী।
চহী তরানীথোইবু কায়ন' মৈশা লাংবনী।
বিদ্যাধবীগুন্নবী শকহেল্লবী লৈবাংনী।
নঙগীদমক পুবক্লি লৌজহৌবো ফাল্গুনী।
"অৰ্জ্জুন মা'না খুন্নকই; লাইবক ফবা মবমনা,
অৰ্জ্জুন ঐবু চানবিবা, থাগৎচবি ঁইহাক্লা।
ৱাবৌবি'নু ইবেস্মা! ঈনুং ঙাল্লা' মতমদা,
য়াথং অদু ঙাকচগে ইতাও কৃষ্ণ' মমাঙদা।"
অৰ্জ্জুন' য়াৱা তাবদা কোলোয়রকই 'ভামানা।
"তাওনে নঙবো ফাল্গুনী! ফন' শীনগে ঐহাক্লা।
ঈনুং ঙানবা ঙাইদ্র'সু ঙসি' অহিং অসিদা,

গন্দব র্বগী বিবাহ তৌবীরমগে নংঙোন্দা।”

ফাল্গুনীনা খুন্নকই; –“ওম্থোকপগী ব্রানীদো,
করি মতৌ কৌবগে তাকপিরিবা মওঙ’দো।
লুহোংবিগে তাকপিবা; য়ারসীগে করম্না?”

হায়রি সত্যভামানা; “’মুক্তা হাংউসে থোঙ’সী।
নঙগা ঐগা ফমদুনা শকউননা ঙাঙনসি।
স্বৰ্গগী জগোই শাবী মেনকাগুম্নবীনী।
যদু শাগৈ লৈকোন্নুং’ নায়তোম শাৎপী শীঙেলনী।
য়েংলোবাওনে অর্জ্জুনও লৈরাং’লক্তে অথোইবী,
লৈবাং অদো পুরক্লি, শীঙেল পারিজাত-কুন্থী।”

সাগী নিংথৌ নোংশাবু, জঙ্গল’ নুংদা লৌরিবা,
ঙম্ফদবা ব্রানীদো খূলাই য়াওদা’ ফাকবা।
থম্মোয চেৎপা অর্জ্জুননী ঈরায় লায়বা নত্তেদা।
পাওখুন্নকই অর্জ্জুন্না সত্যভামা’ মফমদা।

“’ইথস্তনা ঙমজদ্রে হায়বিরিবা ব্রাফম’দো।
হায়বা ইন্দে হাযদুনা ব্রারৌবিবা তৌ’নুদো।
বাম কৃষ্ণ অমদি যদু’ সাগৈ ময়াম’দো;
পূম্নমক্তে নিদুনা চিঞ্জগেনে লৈরাংদো।
লৌনম’ হৈবা ব্যাধগী ফান’ লাংদো থুবগুম,
লৌনম’ লাংবু থাক্লিব্রা, অপঙ’ য়ারৌ শাজিগুম’।”

হায়বা য়াবা হায়নরে তক্ল’ হৌন’ তক্লবে।
য়াবা লৈত্রে অর্জ্জুন্না,সত্যভামা শাওখরে।
“অচাঃ করি নীপানো, নুপীনা ঙম্বা অপঙবা।
যূমগী নুপী দ্রৌপদী কিরিবরা মায়থাবা।
পঞ্চল নীঙোল দ্রৌপদী হীদাক-লাংতক খঙবনি।
মখল মখা অয়াম্বা মন্ত্র-যন্ত্র হৈবনি।
হীদাক-মন্ত্র-যন্ত্রনা লেঙবা-ওৎপা ঙমদনা,

পুনশ্রবনী মহাক'সে ইন্দ্রজালগী পান্বেনা।
মিৎকুপ অমা ফাওবসু মনাক্তগী হেনদবা;
অদুদগী নত্রদো নারদৈ নিয়ম কায়রুবা।
চহী তরানীথোইবু উমং-ৱামং কোয়রিবা;
অচা ঃ লাইমা ঈকাইদে ঈকাই' শরুক থুংদবা।
নুপী কিবা নঙনবু, লৈরিহে' দ্রৌপদীনা;
তাল্লোয় অমা লুহোংবা, ঙমগদগে করম্না।
অর্জ্জুন মা'নৈ খুন্নকঈ; -"শাওবমালে শাওরবি'নু।
য়ূমদা লৈবী নুপীদা মরান পী'না চৈবী'নু।
পঞ্চালিনী মহাক্তি মরাল লৈজদেদনা।
দ্রৌপদীগা 'ইবেম্মগা খৎন-চৈন' লৈতেনা।
লাংথাক' হৈবা শাদানবা য়ারৌ লাংবু থাক্লগা,
লাংদা শাবো হৌনব্রা য়ারৌ শজি থুদ্রগা।
ঈবেম্মগী নগুণসু তাইবঙ থুংনা ঙাঙনৈদো।
গোবিন্দগী 'ইবেম্মশিং 'শীংথা' ঙমদবনীদো।
লীশীংতরা তকক্না চামা সৃপ্না নীপান্নি।
'গুণ-দা 'শক্তা 'চুদসু চঙখোল্লবী হাক্তন্নি।
ময়াম'সিগী মনুংদৈ সত্যভামা নহাক্না,
পাটেশ্বরী ওইরিবা; ওই'বনোনে কমদৌনা?
অতৈ বাণী ময়াম'সে মসক মতৌ থীবীরা?
'চাবোক্তবী য়াওবরা, শাগৈ জাত্তা ৱাৎপীবা?
হীদাক মচন কয়াদা মন্ত্র-যন্ত্র শোন্দুনা,
কৃষ্ণ থৱায় হকচাংবু পুন্সিনবনী নহাক্না।
ঈতাও কৃষ্ণ মহাকপু অতোপ' রাণী অমদা,
মমিৎ ফাওবা পাঙহন্দে ঈবেম্মগী নমাঙদা।
ঈতাও কৃষ্ণ মহক্না লংলা 'মতং পুরকপা;
নথৱায়দু খাঙ্ 'ঙমদে রাণী 'মদা পীখিবা।

ময়রাং পরিজাত 'মতং শ্রী গোবিন্দ মহাক্না,
রুক্মিনীদাপীরুবৈ ৱাথোক-লাছোক ওইখিনা।
যাদু হৈবী ইবেম্মা কাওবিরবনা নীংশিংউ।
মীগী ছিদ্রতা 'থিবা, ঈশাগীসু খনবিউ।
অর্জ্জুন' মপাউ তাবদা সত্যভামা নোকচরি।
মপাম্থোংদা শাওশিন্নে পায়মা'নুংদ' হরাওরি।
"তাওহে অর্জ্জুন মায়থাবা! নুপী ওইবী' ইশিন্নী,
ঈপুরোয়'না য়ানবা হীদাক-লাংতক তৌ'দৌনী।
নুপী ঐখোয়' ঈথৌনী মন্ত্র-যন্ত্র তম্বনা।
নুংশি-নবা মখোয়না মফম মতম নাইদনা।
নীপা ওইবা নহাক্না ব্রহ্মচারি শাশিন্না',
যাদু তম্বা চৎলিব্রা দেশ ভ্রমন তৌদুনা।"
সত্যভামা' ৱাহৈতা' পাওখুম্লকই ফাল্গুনী।
খুকমজবি ইবেম্মা! খ্বয়দৈ অথোইবী বাণী।
তাংলৌ মমৈ ওইরক্লে ঙাইহাক্তদি তৃমজগে।
ঙাকপিবোবা শকহেনবী, করি দৌই হায়বগে।
পুক্নীং খুদুম চঞ্জবা ব্রহ্মচারি ঐহাক্নী।
তাখি' উখি' য়াওরগা মীনা ঐবু নোক্নী।
তীর্থযাত্রা তৌদুনা মালেম থুংনা কোয়জবি।
লেঙবিবসী ইবেম্মা, চবন্দা খুরুমজরি।
ঈতাও কৃষ্ণ তাবগা ঐবু কবি হায়'দগে।
হন্না হন্না খুকমজে ঙাকপিয়ুবা কৈ'দৌগে।
য়াবরোইদৌ' উবদা সত্যভামা থোবক্লে।
সুভাদ্রাবু পুদুনা মরান য়ায়দা হাক্লে।
কমগী নুপী রতি'দো মায়া-মন্ত্র হৈখবে।
সত্যভামা মহাক্না রতি মাবু কৌরুরে।
ৱারী 'পুম্বা তম্নরে 'ভদ্রা অর্জ্জুন অনীগী।

সত্যভামা কৌবীনা মফম'দুদা রক্তিগী।
রতি মা'না হায়রকই;- করি ৱারি 'দুগীবো।
করি তৌজ' ঙমগনি অৰ্জ্জুন মাগুম্বনবু।
ব্রহ্মচাবি শাশিন্না' নাপল কোকথোংনবিবা,
নাপল ময়াই চন্দনগে পাণ্ডব অৰ্জ্জুন মায়থাবা।
থম্বু থমখো অৰ্জ্জুনদি; য়োগি ঋষি ফাওবসু,
ঐগী মন্ত্র' শক্তিদা লেঙবা য়ারোই করিসু।
কনা ওইগে ওইসনু, ঐনা নীংবা খৃদক্তা,
তাইবঙ জীব পুম্নমক শুম্বা ঙম্মী মিৎকৃপ্তা।
অসুম' ৱাহৈনদুনা মাযা হৈবী রতিনা,
সিন্দুববু নম্বীবে যাদু মন্ত্র শোন্দুনা।
সুভাদ্রাদি মহাক্কী মিৎস্না থম্বাল অনী'দো,
মায়া মন্ত্র শোন্দুনা কজ্জল তম্থা থাব্রেদো
"যবৈগনি লেঙবিবো থবক মঙ্গল ওইব'নি।
নখৃত্তনা শোকপদা থোঙ-দো মথন' হাংজনি।
হৈখরেদা রতি'দো কবি যাদু ময়ানো?
ওম্থোকপনী মায়াবী ! কবম তৌবা মওঙনো?
রতি' ৱাহৈ তাবদা সত্যভামা হবাওবে।
সূভদ্রাবু পুদুনা অৰ্জ্জুন'-নাক্তা থুংলবে।
সুভাদ্রাগী মখূৎনা থোঙদা শোক্ত-শোকপদা,
পৌরোন লোল্লিবা থোঙ'দো হাংদোকখরে মথন'দা।
অৰ্জ্জুন মাগী মমাঙদা সূভদ্রা'দো চঙলক্লে।
মরাল লৈর' জীবগুম' থক-থক থক-থক নীক্লক্লে।
প্রলয় যমগী শক্তমলৌ' হৌগৎলক্লে অৰ্জ্জুন্না।
ঙংলদুনা লাওরকই থাঙশাং খূত্তা পায়দুনা।
"কনানো ঙসি লৈরম্মু, নঙক অদু কক্কেদো।"
নোংথাঙ কৃপ্পা মতৌগুম' পাইশিল্লক্লে অৰ্জ্জুন'দো।

"নুপী নৎলমদ্রবদি খুত্তে থাঙশাং অসীনা,
মালেম লৈ'দা তাগনি নঙক অদু কক্কুনা।
নথব্রায়দু পুদুনা চৎশ্রো চযলো তৌ'ঙম্বী।
কদাইদগী লাক্লিবা, কনানোহে মায়াবী।
চৎশ্রো হায়বা য়াদ্র'দি নাতোন, ননা অনীমক,
থাঙশাং 'সীনা শোইদৎকে;- চঙশিল্লক্লে থুনমক।
অর্জ্জুন' মতৌ উবদা পাখৎ চাওবী 'ভদ্রা'দো,
হকচাং' কয়াৎ খুদীংমক চেঙখৈবগুম' নীকশ্রেদো।
মরাল লৈর' জীবগুম' অর্জ্জুন' মায়থোং' য়েংজরি।
যদু শীঙেল সুভদ্রা তনিক-তনিক' য়েংজরি।
তেস্পু' হৈবা অর্জ্জুন্না মায়া হৈবী রতিগী,
কজ্জল, সিন্দুর উরুরে, মায়থোং'দুদা 'ভদ্রাগী।
প্রলয়' শক্তম লৌরম্বা পায়দুনা থাঙশাং খুত্তা,
য়েক্ল' ঙম্বা অর্জ্জুন'দো পঙথশ্রেমিংকৃপ্তা।
নুর খুজেং পায়দুনা তনিক্লবা য়াব্রানা,
কোলোয় মপাও মেল্লকঙ্গ পার্থ বীর মহাক্লা।
"লাকলো লাওনে শকহেনবী মীৎকৃপ'মতা পোত্থখো।
মায়থোংথাগী অমৃত নোংইন্দা খীকপিরমখো।"
অর্জ্জুন মতৌ উবদা যদু' শীঙেল ভদ্রা'দো,
নোজা মা?থোং পৃ'ঙমদে পৃংয়ান লেপ্পা ঙমদেদো।
কোরৌ' মঙাল ফংবদা অহিং শাৎপী লৈরাংনা,
লৈপাল'থক্তা খাঙ'গুম্মি শীঙেল লৈখোক লোযদুনা।
থম্না'থক্কী লাইজনা মাল্লং' শউম ফংবদা,
তনিক-তনিক্লকপগুম' নীক্লা-নীক্লা খাঙজৈদা।
শুক্লা'উমং মনুংদা নোংশা- 'মাঙদা তারবা,
য়ারৌ শজি মচানা করি উপায় লৈগবা?
থোক্লগদ' অব্রাবা ঙাই'না লৈবা নত্তনা,

করি গতি লৈগনি য়ারৌ শাজি মহাক্না।

তনিক-তনিক' ৱাহৈনা সুভদ্রানা হায়জেনে।
"তৌনু-তৌনু ইবুঙো ! ঐবু থাদোক পিয়ুনে।"
সত্যভামা মহাক্না লাওরকইনে মপান্দা।
"মরাঙ-মরাঙ তৌরিবা করিদৌরে ঈমুংদা।"
সুভাদ্রানা খুন্নকই- "য়েংবিরোও ঈনম্মা!
পাংগল কনবা অর্জ্জুনা ঐবু ফারে ইবেম্মা।"

সত্যভামা মহাক্না মপান্দগী হায়রকই।
হায়হৌরগে মতাগুম' য়াক্ল' য়াৱা' রচৈরকই।
"করিনোহে পার্থ বীর ! লুহোঙদ্রিবী নোজানি,
অদুম' শাজৎ হৌনব্রা, ধর্ম্ম খঙবা নহাক্লী।"

ফাল্গুনীনা খুন্নকই;- "নোল্লুকচবি নীংথিবী।
খুরুমজরি ইবেম্মা গোবিন্দগী চান্নবী।
নুপী ওইবী নখোয়গী মপাল নাইদ্র' মায়ানি।
মালেম তাইবঙ জীবনা কবম্নবু খঙগনি।
তাইবঙ জীবা শেম্বীবা ব্রহ্মা মক্না' খঙদবা;
পঙল' অর্জ্জুন ঐনবু করম হায়না খঙগবা।
খঙদ' উদ' লৈত্রবা ঈতাও কৃষ্ণ মক্লসু,
মপাল নাইদ্র 'নগুন'দো খঙবা ঙমদে মহাক্ষু।
ঙাকপিয়ুনে ইবেম্মা, খুরুমজবি চবন্দা।
হবাওখ্রেদা ভারতী অর্জ্জুন' মপাও তাবদা।

নোক্লদূনা হায়রকই;- "চাশিন্নদা পূকনোয়বা।
খঙলে-খঙলে ফাল্গুনী ব্রহ্মচারি হূরানবা।
গন্দব র্বগী বিবাহ, ক্ষেত্রি শাগে' হৌনবা,
কন্যা দানবু তৌরমগে ৱারগনু মায়থাবা।"

ৱাহৈ অসী হায়দুনা সত্যভামা মহাক্না,
নুপী মঙা-তরুক্তুং খোম্নুরে খূৎলৈ থুনা।

সুভদ্রা' অর্জ্জুন অনীমক অঙৌবা লৈ পবেংনা,
ঙকশম-ঙকশম' হূক্লরে মোমোন মীনোক্লদুনা।
নুপী ময়ামশিং'দুনা লৈরাং খূজোক চাইরক্লে।
হবাও-তয়াম লোয়ননা য়াইফ মঙ্গল শৈশক্লে।
নাওশুম' ঈশৈ' শৈথেল্লম' পুষপ শয্যা মথক্তা;
হন্নখবে পূম্নমক মহে-মহে খূদক্তা।
সত্যভামা কৌবী'দো মন্দিবদা থুংলবে।
সুভদ্রা' অর্জ্জুন' ৱাবী'দো গোবিন্দদা তমজবে।
তাবিয়ুনে ইবুঙো! ননাই' ঈথৌ লোইবেনে।
'ভদ্রা অর্জ্জুন অনীমক বিবাহ তৌবল্লেনে।
লুহোংনবা তৌবীবো ঈনুং'সীনা ঙাল্লগা;
অহল-লমন খঙহন্না শাগৈ নাতৈ তাক্লগা।
মখা তাবা অসিদি ইবুংঙোগী দায়নীদো।
ননাই ওইবী ঐখোয়না ঙম্বা থবক নত্রেদো।
মনাই' য়াৱা তাবদা যাথংলকই কৃষ্ণনা।
"ঐগীবুদি য়াবেনে, খন্ননীংঙাই লৈতনা।
য়াম্নুং বামগী পূক্লীংনা য়া'নি হায়বা নীংদেদা;
সুভদ্রনাবু পীব'সে পার্থ বীব মাঙোন্দা।"
মবুঙোগী য়াথং তা' সত্যভামা ৱাজৈদো।
"ইঃ 'দুদি কমদৌনি? তাকপিয়ুনে মবম'দো।"
"কবি' ৱাবি চান্নবা, ঐনা থোকপা তৌগনি।
থোকখববা থবকপু হৌজিক কবম' চেনগনি?"
অহিং অদু লেনখবে মতৌ অসূম' তৌদুনা।
শয়ন মন্দিব মনুংদা মপু-মনাই অনীনা।
অহিংদুমা লেনখিবা ইথোক্লসু ৱাইদা।

ঈনুং শোরা তৈরক্লে নোংপোক চীংখৈ ঙাল্লক্লে।
উদয়া পর্ব্বত চাঙ-দে য়োইময়াই খোঙদোই হুল্লক্লে।
নামিবনা হুল্লক্লে মলয়া পর্ব্বত চীঙ-দৈ।
লৈনম শীন্না য়েল্লক্লে লৈরাং লৈপাল খূদিং-দৈ।
পোম্বী চেক্লা' য়াকায়রে, তাইবঙ থম্মোয় নুংওন্নৈ।
অঈং' নুংশিৎ ফংবদা জীব' হকচাং তদেক্লে।
কৃষ্ণ মাগী থৌরাঙদৈ যদু শাগৈ পূম্নমক,
প্রাত ক্রিয়া লোইদুনা তিল্লরেদো খূদীংমক।
বসুদেব, উগ্রসেন, সাত্যকিনা চিংলবা;
সারন, গদ, অক্রুর যদু শাগৈ অয়াম্বা।
মশীং থা'নি কনানা, রাম কৃষ্মসু য়াওবিদো।
নহা অহল চীখদ্রে মী'শীং সুরে সভা'দো।
হৈ শিংলবা কৃষ্ণনা হৌদোক্লকই হৈ-শিংনা।
মায়া' পূম্বৈ হৌরকফম জগৎ মপু মহাক্লা।
ঙসি, যদু শাগৈগী অহল-লমন তিনবীরে,
নহারোলসু সুরেদো চীখ'মতা য়াওদরে।
করিগুম্বা অমতং হৌদোকচগে ময়ামদা।
পায়মা খোয়জংবিনবা নোল্লুকচরি সভাদা।
ঈচন 'ইবেম্মা সুভদ্রা, মপূং মরৈ ফারক্লে,
ময়াম্নসু খঙবিরি, থাজ' য়োঞ্জ' য়ারক্লে।
নিঙোল ওইবী মখোয়না চাওরক শাংলক্লবদা,
লৈকাই মীনোক চঙলকই য়ূমদা কুইনা লৈবদা।
কনানসু মহাক্কী খন্নবিদ্রি ঙসিফাও'।
খোয়দা'বর অমতা থেংনদ্রিদো হৌজিকফাও।
অর্জ্জুন হায়বা নীপা'সে মশক মতৌ থীদেদো।
শাগৈ জাত্তা হায়র'সু অচৌ' শাগৈ জাৎনিদো।

মহে-মশিং য়েংল'সু ইন্দ্র' ঙম্বা অর্জ্জুন্নী।
মাঙোন্দদুম শীবনা, খঞ্জে ঐদি চুমগনি।
অহল-লমন অমদি ঈচীল ঈনাও ময়াম্না,
করি-করম' খনবি'বা, খন্নবিয়ু নীংথিনা।

শ্রী গোবিন্দ মহাক্কী মেঙল' য়াব়া তাবদা,
বসুদেব মহাক্না য়াথংলকই কৃষ্ণদা।
"ঐদি য়রে ইবুঙো ঈচানা হায়রি'পূন্বা।"
খূবাক খূনৈ ময়াম'দো ফোংদোক্রেদো নুংঙাইবা।
সাত্যকিনা হায়রকই;- "পাণ্ডু'মচা অর্জ্জুন'দো,
সুভদ্রনা ফংজবা, লাইবক ফবা ব়ানীদো।
ঈচা-ঈমাক ওইবদা পাণ্ডব অর্জ্জুন মহাক'সে,
লাইবক ফবা নত্রনে ঐখোয় পূম্নমক অসে?
কনা অমুক লৈবগে অর্জ্জুন মহাক নত্তবা,
মালেম পৃথি'থক'সিদা মতীক চাবা অফবা।"
নহা-নূবী পূম্নমক য়ারে য়ারে হায়নরে।
হরাও-তয়াম লোযননা খূবাক প্রোক-প্রোক খূনরে।

হলধর বলবাম, থৌদৌ অদু উবদা।
কোবীগুম্না ঙাঙলক্রে মিৎম্না থম্বাল অনীদা।
যাথং কোলোয়নবকই অশাওবগা লোয়ননা।
ব়াবিরীবা কবিগী সুভদ্রাগী দমক্তা?
ঙসিতনি নখোয়না খন্নবিবা খূদক্তা।
মতম কয়া' মমাঙদৈ লোইশ্রে ঐদি খন্দুনা।
ঈনৌ নৌনা খল্লীব্রা ঙসিখক্তা নখোয়না?
রাজা নিংথৌ দুর্য্যোধন কৌবব শাগৈ' অথোইবা,
অচৌ' শাগৈ' মচানী মালেম থুংনা শোন্নবা।
মপাংগন্দা হায়র'শামু লীশীং' পাংগন্নী।
'শক্তা য়ৌলে কন্দর্প, লন্দা হায়রে কুবেরনী।

অর্জ্জুন মাগু স্নগবু চাংদম্লবা য়াবরা?
মথোঙ-মরম খঙদনা পঙঙাঙ-ঙাঙনরিবরা।
থীল্লগনু হৌজিকমক দূত অমা থাখরো।
হস্তিনাদা চত্তুনা দুর্য্যোধবু কৌরুরো।
নিংথৌ খূদীং' বাৰ্ত্তন তৌ লৈবাক লৈবাক খূদীংদা।
য়াদে 'মতা চীত্থবা মরূপ মপাং' পূম্নদা।
নহা অহল পূম্নমক রামগী ৱাহে তাবদা,
ফু স্নঙনগ্রে খূদীংমক, লুক্ক খ্রে মরু লৈ'দা।
রেবতীগী মবুঙো লাঙ্গুল ধারি রামনা,
ম্না খূৎনা খোৰ্জ্জেপায়' চে-পাং অমা লৌদুনা।
দুর্য্যোধনদাথানবা চিঠি তনঙ্গ ইখরে।
দূত অমা কৌশিল্লি, চিঠি অদু শিন্নরে।
চৎলো দূত থীল্ল'নু, হস্তিনাগী লৈবাক্তা।
পত্র অসি পীরুরো দুর্য্যোধনগী মখূত্তা।
থীন্দে, দূত-তু চৎখবে রামগী য়াথং পুদুনা।
হস্তিনাগী লৈবাল্লক্তা, দোলায অমা তোংদুনা।
নুমিদাং সুভদ্রা অৰ্জ্জুনগীদমক
সত্যভামা, কৃষ্ণ অনীনা ৱাতান্নবা হৌখবে।
কোবৌ' মমৈ ওইরক্লে নুমিৎনা চীংয়া তমখবে।
যদু শাগৈ পূম্নমক ময়ূম ময়ূম' হন্নগ্রে।
বনমালি কৃষ্ণ'দো মায়থোং থম্বাল লাংশিন্না,
শত্মাই তম্না লেঙলক্লি ৱাখল' ঈপাক' তাওদুনা।
সত্যাভামা হংজৈদো কৃষ্ণ চেংলৌ উরগা।
"করম তৌরে ইবুংঙো! লুহোংগনি হায়রগা?"
সত্যভামা' য়াৱা তা' গোবিন্দনা খুম্মীনে।
ৱাক্রঙ থোক্লে ইবেম্মা ' কৈদৈ লুহোংবনোনে।
অর্জ্জুন' মমিং পনবদা য়াম্লুং ইবুংঙো রাম'দো,

প্রলয়' মৈত্রেং মৈহৌরে থাগ্রে চিঠি ইদুনা।
সভদ্রাবু পীগ্র'নি ৱারোইখরে য়াম্মুংনা।
কৃষ্ণে য়াৱা তাবদা 'ভামা'দো খংপেক খংগ্রে।
মরু লৈ'দা লুক্কনা মালেম'থক্তা ফমথগ্রে।
তাকপিয়ুনে ইবুংঙো করিন উপায় তৌগনি?
করি' মতৌ কৌবগে, অতাবনা গুরু'নি।
গন্দব বগী বিবাহ তৌখরবী নুপীবু,
অমদা 'মুক লুহোংবা; করি কৌ'গে অসীবু।
তাগ্রবদি পাও'সীবু, পাণ্ডব অর্জ্জুন মহাক্না;
খাম্বা লাকপা য়াররোই, চেনগ্র'নি ঈকাইদুনবৌ।
'সীবু মীনা তারগা ঙাঙন-নি করি হায়না।
পাওখুম পীনবীয়ুনে লৈবীগনু তুমিন্না।
গোবিন্দনা খুন্নকই;- ইবেম্মা লাঙহৈ'নুদা।
নঙগী নৱা নপাওনা নাকোঙ অসী থল্লেদা।
করি কান্ন' লাঙলি'নো ঐনা ফন' শী'গনি।
মতম মতম্ অদুগী ঈশ্বরনা তম্বনি।
সত্যভামা কৌবীনা শাওরপ তৌনা হায়জেদো।
করিনোনে ইবুংঙো তাকপিরিবা ৱাফম'দো?
তাওজীং চানীং' মী'দূনা হৈ'খোঙ 'নাক্তা ফল্লগা,
তাওজীং চাবা ফংদ্রনে, কেল্লক' ঙাইদ্না লৈরগা?
লাইজ খৌরাং' মী'দুনা তোব বন'থক্তা ফমদুনা,
লাইজ মা'বু ঙাইবদা, লাক্কদ্রনে লাইজনা?
নিংথৌশিংনা খঙবিদে চাক্লিবগী অৱাবা।
নিংথৌতনা মখঙই নিংথৌ ওইবৈ নুংঙাইবা।
ৱারমলোইনে নখোয়দি থম্মোয় কনবা নীপানী'।
অর্জ্জুন মাগী মমাঙদা করম' ঈমায় উংকনি?
চোংথরগা লাইজ'নুং- শিখিবনা ফরেদোষ।

মথোঙ মরম খঙদরে ফ্রঙ-ফ্রঙ চোংলে 'ভামা'দো।
লৈবিহৌরো ইবুংঙো ঈনেম'- নাক্তা য়ৌজরে।
অসুম হায়না 'ভামা'দো হৌগত্তুনা চৎখবে।
দেবকিগী মফমদা হায়জরকই মহাক্না।
থম্মোয় শোকপা' লোয়ননা পিবোয়নবা ৱাহৈনা।
সুভদ্রা'অর্জুন অনীমক মশা-মশা য়াননা,
গন্দব বগী বিবাহ তৌবিখরে ঐহাক্না।
"দুয্যোধনদা পী'দৌরি" হৌজিক অমুক তাবেনে।
ঈনেম'বেম্মা তাবিয়ু, 'গীবু হৌনরিব্রা?
কৃষ্ণ পোকপী দেবকী, ৱারী অসী তাবদা,
অৱাবনা কোকথোংফা' হায়ফম তৌফম খঙদ্রেদা।
বলরামগী ময়ূমদা চৎখবেদো থুন-মক।
রোহিনীবু হৌদুনা, পলেম মমা অনীমক।
দেবকীনা হায়রকই;- রামও নঙবু তাবোনে।
ৱাফম লম্ফেনফদে, ইমা ৱা'মা হাযগেনে।
নচল 'বেম্মা 'ভদ্রাবু অর্জ্জুন মাগী মফমদা,
পীদ্রিবনো করিগী? ইবুংঙো! পীখিসিদা।
অর্জ্জুন হায়বা নীপা'সে মশক' য়েংই ৱাত্তেদো।
জাত্তা য়েংই তোম্দেনে, মগুণ হায়ব' নোপেথদো।
পূম্নমক্না থাগৎনৈ য়েক্ল' ঙম্বা অর্জ্জুন্নি।
মালেম পৃথি' মনুংদা মপা লৈতে' মহাক্নী।
বলবামনা খুম্লকই; তাবিয়ূনে পলেমও!
পলেম অনী' চবন্দা খুরুমজরি ইমাও!
তোৎন-তিন্ন' পামজদে পাণ্ডব মচীল মনাওগা।
শাগৈ ঙাইসু ওইনীংদে যদু' শাগৈ ঐখোযগা।
লম্বা চাদ' ঙাই ওইবা শাগৈ ময়েং তাবনি।
কুরুপতি দুর্য্যোধন, মতিক চাবা নীপানী।

দূত থাদুনা কৌহনখ্রে, মরম 'সীনা ঐহাক্লা।
পাণ্ডবশিংগী হৌরকফম খণ্ডনরি মালেম শীন্না।
ঈচন পীবা হৌনব্রা, অদূণ্ডুম্না কাণ্ডবুদা।
পাণ্ডবশিংগী ঝারী'দো পনবির'নু ঐহোন্দা।

রোহিনীনা হায়রকই;- তাওনে অঙাং লম্কেনবা,
নমা ঐখোয়না হায়'ব্রা করিগীনো ইন্দ্রিবা?
নচীল-ননাও, নপাবুং, শাগৈ-নাতৈ ময়ামগী,
পূক্লিং,ঝাহে, য়াথংবু থৌশাদ্রিবা করিগী?
অর্জ্জুন হায়বা নীপাসে পূম্নমক্লা নুংশিদো।
মতীক মগুণ লৈখ্রবা লমচৎ খণ্ডবা মীনিদো।
পূম্নমক্লা পাম্নবা, পীদদুনা অর্জ্জুনদা,
নচল নুপী 'ভদ্রাবু পী'দৌরিবা কনাদা?
শাওবৈন ঙাঙবা ওইর'সু রামও নঙবু শাওর'নু।
হায়বা য়ারো ইমানা, পূক্লিং নাইনু থম্ল'নু।
নচল নুপী 'ভদ্রসে হয়েং'ঈনুং ঙানবদা।
লুহোংদুনা পীখ্র'নি পাণ্ডপ অর্জ্জুন' মফমদা।

মমাই ঝাহে তাবদা অঙাওবী-ক্রা মাল্লেনা।
রাম ঐগী ঈখূত্তা ঈমা ওইবৈ হিংবনি।
কনাগুম্না ওইর'দি য়াইবি থব্বায় মাঙগনি।
কৃষ্ণ মাগী মতৌগুম নবখোয় খ্বাইসু তৌরিবা।
জাত-বিজাত খায়দবা, শাগৈ নাতৈ য়েংদবা।
ঝাহে অমা অনীদং দেদো-দেদো তৌরবা;
মব্দপ হেক্তা মহায়রে অফ' ফত্ত' য়েংদবা।
মচা নীপা শান্নদা, ঙরাংখক্তা ঙায়রিনা;
দুর্য্যোধন্না পীরকপী, মচানুপী লক্ষ্মনা।
অনৌবা ঙাই-শেনগী ইজ্জৎ ফাওবা য়েংদেনে।
ইস, অঙকপনিদা ! করি মতৌ কো'গেনে?

ধৃতরাষ্ট্র' মপারি, দুয্যোধন হায়বা অদো,
ঐগী ঈচা ইনাইনী নুংশিদবা ঙমদেদো।
ঈচল নুপী 'ভদ্রাবু পীগদবা অৰ্জ্জুনদা,
মতীক লৈবা কনানো চোংথোক্কউ য়েংগেদা?
লেঙবিখরো পলেমও মকা তাবিরগনু।
কনাগীসু চারোন' খোন ঐবু তাহনবীর'নু।
রামগী মতৌ অদুদা হৌগৎখরে অনী'দো।
ৱানা-ৱানা লাকপদা সত্যভামা' থেংনরে।
রামনা হায়রক' পূন্নমক ৱারী-ৱাতায় সানরে।
হায়জরপকই মনেমদা সত্যভামা মহাক্না।
করিকিরম তৌগনি ? ইস, 'দূদি মাঙলেদনা।
সুভদ্রাবু অৰ্জ্জুনদা পীদবা মতাং থোক্ক'দি,
শোয়দে লাঞ্জাও তারনি; মেলাতা'নি ঙসিদি।
পাল্গুনীগী মখূত্তা থৱায় মাঙনরগনি।
সুভদ্রাগী মশুংমলাং' যদু শাগৈ তুন্ন'নি।
ওষ্থোরপনি সুভদ্রা ! করিগী হোজিক'সিদা,
য়াইবী মঙগে খন্দ্রিবা'? নহাক'সে পাঙখিদ্রেদা।
অসিগুম্বা পুক্সিবু কৈদৌনি হিংলুদুনা ?
লাইজ 'নুংদা ওইর'সু, হু ওইর'সু চাদুনা,
নিঙোল' থৱায় মাঙবনা শরূকচামা ফর'নি।
'ভদ্রা নঙনা লৈত্রগা পূন্নমক'সে কোক্ক'নি।
ঐসু নঙগা ললোয়ননা য়াইবী অসী মাঙগেদো।
ৱাজপ্রেদা ইবেম্মা, সত্যভামা কৌবী'দো।
পিঞ্জুরগী চেক্কগুম' প্রোক-প্রোক চাক্কা খাঙখরে।
হায়ফম তৌফম খঙদনা থম্মোয় খাম্বী মৈহৌরে।
অসুম তৌনা 'ভদ্রা'দো অৱা' তেংথারম্নগা,
উন-নবা চৎখরে, বনমালি কৃষ্ণগা।

নুবা মিৎম্না ঈরাচেন' ম্না মাঙদা কৃষ্ণগী,
ঝারী'পূম্বা তমজরে "দেবকী রোহিনীগী।"
য়াতংলকই কৃষ্ণনা মনাই' ঝাহে তাবদা।
করি' পিরাং শিছুরি? 'ইবেম্মা তুমিন' লৈয়ুদা।
তনৌরবী মায়থোংদা অঝা' মমি তাহনবা,
পকচদেদো ইবেম্মা, করি' পুক্লিং খোয়রাঙবা?
ভক্তশিংগীদমক্তা অবতার তৌবনি।
খুদোথীবা পুম্নমক ঐনা মায়োক য়াগনি।
দূত অমা থাদুনা অর্জ্জুন কৌরু থুনমক।
হরাওজরে শকহেনব, কৃষ্ণ য়াথং তাবদা।
করিগী দূত তা-দৌ'নো? ঐ হেক্তা চচ্চগেদা।
অসী হায়ম্লদূনা সত্যভামা কৌবী'দো,
ফাল্গুনীগী মনাক্তা খৃৎলৈ থুনা চৎখ্রেদো।
পার্থ বীর মহাক্তি শয়ন ন্দির মনুংদা।
খোম্লেন তৃমখূন লতাম্লমই, নীংথিরবা শয্যাদা।
অর্জ্জুন মতৌ উবদা 'ভামা'দো শাওনীংমলকই।
"তারীবরা অর্জ্জুন ও !" লাওরদুনা কৌরকই।
নশু মলাংগীদমক্তা ঝাথোক-লানথোক ওইনরে।
নীংঙাইদনা নহাক্তি তৃমদুনা লৈরিবোইরে?
শাগী নিংথৌ ওইরসু তৃম্নি' নোংশা' খায়াত্তা,
বনগী য়ারৌ শাজিনা চঙলক্লোইহে মথন্তা।
ঈঙক ঙকখ্রে অর্জ্জুন'দো, পাওখুমফমদি খঙজদা,
নোম্লুক ঝাহে লোয়ননা হংজরকই 'ভামাদা।
"তাজদ্রিনে ঐহাক্তি করি তৌনরবগে?
পাওদমবীয়ু ভারতী কোলোয় নপাও তাজগে।"
"নতাও 'বুংঙো কৃষ্ণগা তানরুসী" হায়দুনা,
অর্জ্জুন মাবু পুরক্লে সত্যভামা মহাক্রা।

ঈতাও কৌটন মহৌশা' হংগোইনদে অনী'দো।
ঙসি' নুমিৎ 'সিদদি হংগোইজেনে অৰ্জ্জুন'দো।
কৃষ্ণ মাবু উবদা তিঙক-তিঙক লেপচরি।
অৰ্জ্জুন' মতৌ উবদা কৃষ্ণ মানা পেঞ্জরি।
অৰ্জ্জুন মাবু কৌশিনবি মোমোন-মোমোন নোক্তুনা।
শয্যা'থক্তা ফম্মল্লে অৰ্জ্জুন' খুজেং পায়দুনা।
লাওনে ইতাও অৰ্জ্জুনও, লাঞ্জাও অমা থোক্লেনে।
তৌনবিবা মওঙ'সে নঙদি তারম্মরোইনে।
ঈচল'বেম্মা 'ভদ্রা'সে পাবুং বসুদেবনা,
পীনীংলিদো নঙোন্দা- অৰ্জ্জুন নঙগী প্রেম'দুনা।
য়াম্বুং 'বুঙো বামনা- "দুর্য্যোধনদা পীগনি",
অসুম হায়'না য়াম্বুংনা, ৱাবোইখবে ফাল্গুনী।
দুর্য্যোধনদা খঙহনখ্রে চিঠি পত্র ইদুনা।
কবি উপায় তৌসিগে হায়যু ইতাও নহাক্লা?
মবুঙোদা হংগচ্চে মীকিদবা অৰ্জ্জুন্না।
করি' পূক্লীং' লাঙবিরি অদুগীবু ইতাওনা?
ইতাও' থৌজাল ফংল'দি জগৎ' নাকপাক লেপসনু।
মিৎ'কুপ্লদা লোইসিনগে তৌনীংবতা তৌ'সনু।
যম নিংথৌসু ৱাক'সনু, সোবাবেনসু য়াও'সনু।
উমাপতি শঙ্কব লাকচৌ ত্রিশুল পাযদুনা।
লাই'য়াম সভা য়াওসনু কনা' কি'নি অৰ্জ্জুন্না?
পান্দুব' থৱায় হৃবিও চরন' কৃপা পীনবিয়ু।
থৌজাল ' মিৎয়েং' লোয়ননা কৃম্মৈ ওইনা য়েংবিয়ু।
যদুপতি বলবাম, য়েংবিসনু মিৎপেন্না।
পূম্নমক্কী মমাঙদা চৎকে 'ভদ্রা পুদূনা।
মতীক লৈবা কনানো চোংথ্রোক্সনু থেংনগে।
অৰ্জ্জুন' থৌনা উবদা থম্মোয়'নুংদা পেঞ্জেদো।

মনাই' মখা পোল্লবা থৌজাল ঙঁবা হরি'দো।
খোয়রুম মোমোন মীনোক্তম' ঙাক্লানবা চীনবান্দা।
চীঙ্গোইরকই কৃষ্ণনা অর্জ্জুন মাগী মফমদা।
ইতাওনা হায়রি' পুন্না নতীক্লীদো ফাল্গুনী।
দেবা'সুর কনানা অর্জ্জুন' লান্না পাগনি।
অদুবুনে মরূপ্লোয় ! খম্বদুনা য়েংউদো।
খৎনবা হায়বা 'সীনা ফবা কৌবা লৈতেদো।
থবক পাঙবা হায়ব'সী মখল মখা য়াম্মিনে।
পাঙ্গল, লৌশিং, ৱাহৈনা থবক কয়া পাঙনৈনে।
পাঙ্গন্তনা পাঙবনা থবক পাঙবা কৌনদে।
লৌশিং উপায় হোৎনসী খৎনরূবা কান্নদে।
ৱাহৈনবু ওইব'সু লৌশিংনবু ওইর'সু,
লোইরে থবক ঙম্লগা, খল্লু পার্থ নহাক্সু।
অদূননে নব্দপ্লোয় ! হূরান্দুনা পুনবা,
থৌবাঙ তৌসী অকনবা ! কান্নদেনে খৎনবা।
শা তানবা শাশিন্ন' লীরূং তেনবু পায়দুনা,
ঐগী দোলায়' তোংদুনা লৈয়ু কোয়না চত্তুনা।
সরস্বতী তুরেনগী, থারক্কে তোবর্বন'দুদা।
ঈচন'বেম্মা 'ভদ্রাবু ঈরুজবৈ মওঙদা।
মতম'দুদা নহাক্না সুভদ্রাবু পাদুনা ,
পুনীং' মফম' পুখরো, দোলায় 'থক্তা হাপ্তুনা।
য়াম্বুং বামনা ৱারৌবা, ঐনা কোন্না থেন্নগে।
খুদোংথীবা লাক্তৌবা, ঐনা ফন' শীল্লগে।
মপু-মনাই অনী'দো অসুম হায়না খন্নশ্রে।
ময়ূ-ময়ূম' হন্দুনা খোল্লেন তূমখূন হুনশ্রে।

অর্জ্জুন্না নইন্দ্রপ্রসহদা পাওথবা।

অহিং কৌবী লাইরেম্বী মিদ্রাদেবী লোয়ননা,
জীব লক্ষ কয়াগী কোকপিরে অব্রা' অনা'।
অমু' চরৈ থোল্লম্বা অঙৌ চবৈ ফিহোংলে।
উষা কৌবী লাইরেম্বী' মচাশিংবু হৌদোক্লে।
নোংপোক চীংগী চীংদোন্দা লাঙ্গোই শগোল তোংদুনা,
মোমোন মীনোক তল্লক্লে দিনমনি নুমিৎনা।
পোম্বী চেক্লা' শঙগুনা মপু' কোলোয় তেংথারে।
তল্লা পামেল পাম্বীশিং' তবাংলাইজ শিন্থুরে।
পাণ্ডু রাজ মপারী পাথবীর অর্জ্জুন্না,
প্রাতক্রিয়া লোইরগা ফমলি ব্রাখল তৌদুনা।
ইন্দ্রপ্রসহ কোনুংদা লমদম তাম্না লৈহৌবা,
ময়াম্বুং যুধিষ্টিরদা পামই পাও'সী খঙহনবা।
ব্রাখল তৌই ফল্গুনী পায়মা তিল্লাং য়োৎথ'না।
ব্রাফম অসি তারল্লৈই য়াম্বুং যুধিষ্ঠিরনা।
যদু শাগৈগী রামগা ব্রাথোক-লাম্থোক' ওইনবা,
য়াম্বুং মা'না তারগা করি অমুক হায়গবা!
ব্রাখল অসি তৌদূনা প্রত্র ইরে অর্জ্জুন্না।
ব্রারী 'পূম্বা চীখুদ' ইরে মবোল শু গায়না।
"বসুদেবৈ মমোল্লোয় যদু নীঙোল 'ভদ্রা'দো,
অর্জ্জুন ঐগী ঈফমদা কৃষ্ণনা পীনীংলিদো।
য়ানীংদেনে ঐহাকপু ময়াম্বুং 'বুংঙো রামনা।
হূরান্দুনা পুখরো, তাকপি' কৃষ্ণ মহাক্লা।
য়াম্বুং' নোংদম্বীরকউ কবম' তৌজৌ হায়বগে?
য়াম্বুং' কৃপা অদুতা অর্জ্জুন ঐনা তৌজগে।

অসুম চিঠি ইদুনা দূত অমদা শিন্নরে।
চিঠি অদু পুদুনা থীন্দে দূত-তু চৎখবে।
ইন্দ্রপ্রসহ কোনুংদা চিঙৈ দূত-তু য়ৌরক্লে।
যুধিষ্ঠির' ম্নামাঙ' পত্র অদু কৎশিল্লে।
রাজা যুধিষ্ঠিরনা সহদেব' কৌশিল্লি।
সহদেব মনাওদা চিঠি অদূ পাহল্লী।
চিঠি মবোল তাবগা, খন্ন' য়াবা খন্নবে।
পাওখুম পীখিননবা অমুক চিঠি ইখবে।
"মঙ্গল ওইয়ু ফাল্গুনী! নঙগী চিঠি ফংলেদো।
ঈযাম্বগী অর্জ্জুনও মবোল খূদীং' খঙলেদো।
পাণ্ডব ঐখোয় মঙাগী কৃষ্ণ মা'না মন্দগ্লী।
পাণ্ডব ঐখোয় মঙাগী কৃষ্ণ মা'না পাংগন্নী।
পাণ্ডব ঐখোয় মঙাগী কৃষ্ণ মা'না লৌশিংনী।
পাণ্ডব ঐখোয় মঙাগী কৃষ্ণ মা'না থৱায়নী।
তাইবঙ হকচাং মতুংদা ছায়া 'মিনা ইল্লীদো।
কৃষ্ণ মাগী ময়াথং লৈবক তাহনফদেদো।"
অসুম' চিঠি ইদূনা পাওমী' দূদা শিন্নবে।
দূতনা চিঠি পুদুনা দ্বাবিকাদা হনখবে।
চিঠি অদু লানশিল্লী অর্জ্জুন মাগী মফমদা।
হবাওজবে ফাল্গুনী চিঠি মবোল তাবদা।
মতৌ অসুম' তৌদূনা নোংমা-নোংমা হৌজিনখি,
কোবৌ শীংবুম তবেৎনি খঙহৌদনা শুজিনখি।

হস্তিনাদা দুর্য্যোধননা লুহোংনবগী তৌরাঙলি।

ইরাঙ লাঙগ্রে পূম্নমক হস্তিনাগী লৈবাক্তা।
রাম্না পীরকপা চিঠি দুর্য্যোধননা ফংবদা।
চাংজৌ লাম্বা ফংদনা মথুম মরাঙ হৌখ্রে।
ধৃতরাষ্ট্র গন্দারী ঙমখৈ লৈত' হরাওরে।
"কৃষ্ণ মচল সুভদ্রা দুর্য্যোধনদা পী'দৌরি।"
অন্তস্পুর' মীয়ামদো মতৌ 'সুম্না হরাওরি।
মতৌ অসুম' তৌদুনা লৈবাক লৈবাক খৃদিংদা,
লোইনা বার্ত্তন তৌখরে মরূপ মপাং 'পূম্বদা।
লুহোংনবে পোৎলমসু থোরাঙ তৌবা লোইখরে।
দুর্য্যোধনগী মীচঙ'খৈ ব্রাখল' দলান শাখরে।
ঙসিদগী হৌদুনা দুর্য্যোধনগী নুংনাঙবা,
চিংননীঙাই লৈতরে, লোইনা কোক্লে চিংনবা।
পাণ্ডব' মতেং পাংলম্বা, কৃষ্ণ মহাক খক্তনা,
দুর্য্যোধনগী ওইরেদো ঙসিদগী হৌদুনা।
কৃষ্ণ মা'না লেপত্র'দি করি তৌনি পণ্ডবনা।
অসুম' পঙাঙ ঙাহনরি নহা কাঙবু মখৈনা।
ভীষ্ম দ্রোন্না চিংলবা অহল মখৈ' ঙাঙনরি।
পুল্লপ-পুল্লপ তিনদুনা নাপ চীক্লা শোন্নরি।
দ্রোন গুরুনা হায়রকই;- "ব্রাফম অসে থজদে।
কৃষ্ণ হায়বা নীপ'দো শাগৈ নাতৈ নুংশিদে।
মচীল লমনাও খনবিদে মহৌশাগী লীচৎনি।
ভক্তশিংগীদমক্তা থব্রায় হকচাং লূপ্পনি।"
বিদুরনা খুম্নকই;- "করি হায়না হায়দৌ'নো।
ঙক্লে ঐদি মওঙ'সে, খঙদ্রে করি মতৌনো ?
হায় কৃপাচার্য্যনা;- ওইথোক্তবা ব্রানীকো।
ব্রাফম'সীবু ঐখোয়না থাজরুবা চুম্লোইকো।
কুরুপতি দুর্য্যোধন গোবিন্দগা য়ানদে।

নুংশিন্দ' মফমদা মচল পীনি থাজদে।
থৌদোক'সিগী বর্ত্তমান খণ্ডফম থোকই দূত'সীনা।
"'দূদী হংসী" হায়দুনা খন্নে অহল কাওলুপ্না।
দূত অদুগী মফমদা হংলে ৱারম ফুম্নমক।
দূত অদুনা লীরক্লে ৱারী ৱাখোঙ খূদিংমক।
কুন্তী'মচা অর্জ্জুন'দো লৈহৌই দ্বারিকাদা।
পীনিংইনে কৃষ্ণনা সুভদ্রাবু অর্জ্জুনদা।
বলভদ্র মহাক্না ফাল্গুনীবু পামদেদো।
"দুর্য্যোধনদা পীগনি" 'সুম্না রাম্না লোইখ্রেদো।
দুর্য্যোধনদা পীব'সী য়ানিংদেদো কৃষ্ণদি।
মতুং' করি থোক্কবা; হায়জ' ঙমদ্রে মাদুদি।
দূতকী ৱাহে তাবদা পাওখুম্নক্লেদো ভীমনা।
হায়গে নীংবা' পন্দবা, হাল্লী হায়দোক্লকপনা।
অকি-অখং' লৈতনা শাগী নিংথৌ নোংশাগুম।
হায়থরক্লে ভীমসেন' লুম্না খোংবা নোংখোংগুম।
কুরুপতি দুর্য্যোধন ঈকাই' খণ্ডদা' নীপনি।
পোকপদগী হোদুনা ঈকাই' থুংলক্লেবনি।
ঈকাই' ফংবা নত্তনা, ঈকাই' খণ্ডদা' মানবু,
ময়াম' শাক্নি ওইবিয়ু, ফংফম লৈ'নী করিবু?
ভীম-ঐনা হায়খ্রবা ৱা' নূংদা লাইরিক ই'গুম-নি।
য়েংঙ্গু দনা শোয়ববা, মতম য়ৌর' খণ্ডগনি।
করি ওইগে ওইসনু, কনাদা 'হোংবা' য়েংসী।
পনবা য়াদ্রে ঐখোয়দি বর যাত্রা তৌরসী।
ভীমগী মতৌউবদা ঈঙক ঙক্লে ময়াম'দো।
ৱানবসু ময়াওনৈ, নোক্নবসু য়াওইদো।
ঙাঙনাবিঙৈ মতমগী তাঞ্জা অদূমক্তুদা,
দূত অমা চঙলক্লে যুধিষ্ঠির' মফমদা।

কুরুগী দুর্য্যোধন্না ইন্দ্রপ্রস্থ কোনুংদা,
লুহোং' বার্ত্তন তৌরক্লে যুধিষ্ঠিরৈ মফমদা।
"ননাই ঐগী লুহোংবা লেঙহিরক্ত' য়াদেদো;
ঈচীল ঈনাও পূম্নমক" অসুম' চিঠি লাক্লেদো।
রাজা যুধিষ্ঠির'দো চিঠি অদু পাবদা,
বুদ্বি লৌশিং চমম্লে, হংই সহদেবদা।
হায়য়ু তাসি শানৌতোন ! তৌরিব'সি কৈ'নোনে?
মওঙ অসি উবদা ঈয়াম্বদি ঙক্লেনে।
সুভদ্রাগী মরমদা অর্জ্জুন মানা হান্নবা,
যুধিষ্ঠির ঈফমদা খঙহাক্লে চিঠিনা।
দুর্য্যোধন্না হৌজিক'মুক লুহোং' বার্ত্তন তৌরক্লে।
খুদোং থীবা থোক্কদ্রা; থম্মোয়'নুংদা খাক্লে।
হায়জৈ সহদেবনা; - তাবীসীনে য়াম্বুংও !
করি থোই'না ৰাবি'নু ম্না পূক্লিং তপ্লিও।
রামবু খঙহন-তাহন্দ' কৃষ্ণ মাগী খূজীন্না,
সুভদ্রা'দো লুহোংখ্রে য়াম্বুং 'বুঙো অর্জ্জুন্না।
সুখরেদো মতমদি কোবৌ শীংবুম তরেৎনি।
বলরামনা হায়রিদো "দুর্য্যোধনদা পীগনি।"
রামগী য়াথং মতুং ইন' য়াম্বুং দুর্য্যোধননা,
"লুহোংগনি খনবনি" মরম অসি লৈবনা।
গোবিন্দগী কৃপানি অফ' ফত্ত' পূম্নমক।
ম্না পূক্লিং ৰাবি'নু থৌদোক অসীগীদমক।
ধর্ম্ম রাজ যুধিষ্ঠির' ৰাজখ্রেদা পূক্লীংদা।
সূকথরবা মায়থোংনা, হায়' সহদেবদা।
ওম্ফোকপনি ঈনাওশা, নাতে হূক্তা' থহক্লী।
তৌরি' থৌদৌ মতা'সে ঈকাইনীঙাই' মওঙনী।
লুহোংব'গী ঐহাক্তি চৎপা ঈচুম চুমদ্রেদো।

চত্রবস্ দুর্য্যোধন' মথ্বায় নুংঙাইখিরোইদো।
অদুননে ঈনাওশা, নখোয়' চৎন' তৌরোকো।
খঙদ্রেদহে ঈনাওশা! ঐদি চৎপা চুমদ্রেকো।
ঈনাও ইবুঙো ভামও নঙনা খরা চৎলুরো।
লাম্মী তেংগোল পুদূনা কায়দনবা শীল্লুরো।
পূকলাল্লবা জীবনা চাবা ফং'গুম লান্বদা।
হরাওজরে ভীমসেন, ময়াম্বুং' য়াথং ফংবদা।
অক্ষৌহিনী মঙানী তেংগোল লাম্মী মশীংনা।
থৌরাঙ লোইখ্রে বৃকোদর, চৎনবা শেম শাদূনা।

দুর্য্যোধন্না হরগী ফিজেৎ শেত্নুা থোক্লকপা।

কুরুপতি দুর্য্যোধন মনাই মশল লোয়ননা,
লেঙথোরক্লে খূদক্তা ফিজেৎ-লৈতেং থোম্দুনা।
রাজপন্থ লম্বীদা বর যাত্রা তৌরক্লে।
মনিরতন' থাল্লবা দোলায়'থক্তা তোংখৎলে।
দরঙ-দরঙ, দরভ-দর ঙ, পূংয়ৈবনা কয়ানী।
পূন্নিল নিল্লে লমজাও'দো, যন্ত্র মখল মথেন্নী।
শামু তোংবা কয়ানী শগোল তোংবা কাঙবু'মা।
মশীং থীঙম-থা'ঙমদে দোলায় তোংবা পরেং'মা।
স্বর্গ' থক্কী লাই'নিংথৌ শোরারেনগী শক্তম্নি।
দুর্য্যোধন্না লাকপ'দো চীংঙু মাগী পাংখক্লী।
দুর্য্যোধনগী মওঙ-উ' শাওনীংলক্লেদো ভীম্না।
লাওরদূনা হায়রকই বৃকোদর মহাক্লা।
ওঙ্খোকপনি নখোয়'সে লাইমা মীরোল থুংমন্দে।

তাইবঙপানগী চৎনবা ওহোক্লসু খঙমন্দে।
হস্তিনা লৈবাক'সিদৈ দ্বারিকা য়ৌগদব'সে,
ফনা য়াম্না মরাৎলি, বাখল তৌদ্রা নখোয়'সে?
মফম'সিদৈ নখোয়না বর' ফিজেৎ শেৎলিবা,
তৌজনীংবা মানশ্রেদা, করি কান্ন' শেৎলিবা'?
দু: শাসননা খুন্নকই ভীমগী বাহে তাবা।
করি অকায়'লৈবগে ফিজেৎ লৈতেং তৌবদা।
তুংদা কোন্না লাকপিয়ু য়েংবিনিঙদ' লৈরগা।
ঐখোয় খরা হাল্লমগে, লেঙবিব'নু ঐখোয়গা।
নোক্লদূনা বৃকোদব, দু:শাসনদা হায়বকই।
কবেম্নবা য়ারানা রা'পা অমুক শেন্নকই।
"ফৈদা-ফৈদা ঈ'ঙোখোয়, তুংদা কোন্না খঙনসী।
অফ-ফত্ত' পূন্নমক কাওব'দি কাওন'নুসী।"
থিংঙাও-লাইঙাও নীপানি, তৌনীংবদা থীন্দবা।
মখা অমুক তারকই, হায়নীংবদা পন্দবা।
লুহোংনবা কন্যাবু নখোয়গীবু লৈব্রনে?
কনাই মচা মসৃনো ঐসু তাগে হায়য়ুনে।
হুম্নিখক্তা মঙায়রি নখোযদা পাও লাক্লম্বা।
হাপ্তা অমা ফাখরে সুভদ্রাগী লুহোংবা।
অবেম্বদা চত্তুনা ইকাই' শরুক্লগনি।
বর' ফিজেৎ শেৎকনু, মবম'দূনা হায়বনি।
ইকাই-ইকাই' তোকচ'নি ঐনা হায়বা য়াহৌদা।
ফাগি অমুক তৌগদ্রা ঐহাক্লাবু নখোয়দা।
করি' তুংদা লাকনি বৃকোদর ভীমবু।
তুংদা লাক্তৌ' শক্তুক্রা মানবরনে ঐ'সীবু ?
মফম মতম খূদীংদা ভীমসেনদি 'হাক্লা,
মীগী মতুং' ইনখিবা, তাম্রবরা নখোয়না?

মাঙথাগনবা নীপনি, তুংইহনবা নত্তেহে।
ঐনা মাঙদা চৎপ'সী ফজববা য়েংহৌহে।
মীকিদবা বৃকোদব' হাযবল্লগা অসূম্না,
নোক্কদুনা চৎখবে লাম্মী তেংগোল' লোয়ননা।
ওম্ভোকপগী মতৌনি, তুংদা অমুক য়েংলম্মী।
মঙাও থীনা ঙাওখ্রেদা; নোকমি-নোকমি তৌবম্মী।
ভীমগী ৱাহে তাবদা চমম্লবে মযাম'দো।
শকুনি, কর্ন্ন, দুর্য্যোধন, পূক্লিং' ঈচিং চিংনৈদো।
ভীম, দ্রোন, বিদুব, কৃপ, অহল কাঙলুপ মখৈনা,
চিবোন-চিবোন ঙাঙনবি, 'মগা-মগা ওনশিন্না।
দু: শাসন্না হায়বকই;- তাবিয়ুনে সভানা।
ভীম্না ঙাঙলি' ৱাযাম'সে লৌবিকনু ৱাওইনা।
ফৎখিদ্রবা মবুক্লি কবি' খঙনদ্রিবনো।
অচুম্বগী মতৌগুম' কবি' খনবিবিবনো।
ফিজেৎ-লৈতেং তৌদুনা লূনা কেনা চৎপ'সে,
মথ্বায'সী পু'ঙমদে বব' শক্তম উব'সে।
মীগী ফজ' উবগা কল্লকপ'সে মথৌনি।
ফত্তবগী হৌনশা, খাঙ'ঙমদবা মশিন্নী।
অচুম' অবান' খঙদবা, অক' অবায়' লৈতবা,
থিঙাউ-লাইঙাউ' নীপানি, মৱা লৌবা য়াদবা।
ভীম মাহাক্কী মফমদা অওই-অওদ' লৈতেদো।
'পূক্তা নীংলক' ৱাখল'দু হেক্তা পোংদোক্লকইদো।
অঙাও-অফৈনববা মীবোল থুংদ' ভীমনিদো।
মানা ঙাঙবা ৱাহৈবু থৌওই' লৌবা য়াব্রদো।
দু: শাসনগী ৱাহৈতা' ঙাঙনবকই ময়াম্না।
বৈকর্ত্তন্না চিংলবা নহা কাঙবু কয়ানা।
"দউ: শাসন্না হায়বি'সে অচুম্বা ৱা ঙাক্তনি।

কল্লক চাওবা ভীমনিদো, কল্লকত্তিনা ঙাঙব্রি।
অসুম' খন্নরদূনা চৎনরক্লে ময়াম'দো।
প্রলয়' ঈথক হৌবগুম' যন্ত্র খোংগৎনরেদো।
পূং মখল কয়ানী, দরঙ্ দরঙ য়েরক্লে।
নুমিৎ হৃম্লি' মনুংদা যুথক চামা চৎলক্লে।
যুথক চামগী লম্বী চৎলক্লবা মতুংদা,
কুরুপতি দুর্য্যোধন' ৱাতানরে সভাদা।
খন্ন'য়াবা খন্নরে অহল-লমল অপূম্বা।
চিঠি তনই ইরেদো দ্বারকাদা থানবা।
মেষ অক্ষ, তৃতীয়া, নক্ষত্রদি রোহিনী,
হায়রি' নুমিৎ হয়েংমক দ্বারকাদা থুল'নি।
অধিবাস হৌনবা থৌরাঙ'বিরো ঙসি'সে।
লুহোং' ফবা নুমিৎনী হৃম্লি পানবা হয়েং'সে।
বিবাহ্গীদমক্তা ননাই ঐহাক লাকচরে।
অসুম' চিঠি ইদূনা দূত অমা থাখরে।
চৎখিদূনা দূত-তুনা চিঠি কৎখ্রেদো রামদা।
হরাওজরে বলরাম, চিঠি' বোল তাবদা।
যদু শাগৈ পূম্নমক মশীং সুনা তিনখরে।
লুহোংনবা সুভদ্রা, অধিবাস হৌখরে।

অর্জ্জুন্না সুভদ্রা হুনবগী থৌরাঙ লোইখরে।

ঙসি' নুমিৎ অসিনী সুভদ্রাগী লুহোংবা।
যদু শাগৈ' মীয়াম'দো ঙম্লা' তিল্লে সুনবা।
বেরতীগী মবুংঙো রামগী য়াথং ফংদুনা।

যদু শাগৈ' নুপীশিং' তিল্লরেদো পুল্লগ্লা।
সরস্বতী তুরেন্দা সুভদনাবু পুদূনা,
লাইজ ইপাল লাংনবা, হৈশিংলবী কয়ানা।
নুপী ময়াম' লোয়ননা পরেংসানা লাক্লেদো।
কৃষ্ণ শরৌ মতুংইন' সত্যবতী মহাক্লা,
ময়াম'দূগা লাকমিন্নে সুভদ্রাগা লোয়ননা।
অসোমদনা কম'দৌরি;- চৎখ্র' তুংদা 'ভদ্রানা,
অর্জ্জুন মাবু কৌদূনা তাকপিরক্লে কৃষ্ণনা।
ইতাও নঙবু তারব্রা, দুর্য্যোঘন কৌ' নিংথৌ'দো,,
লুহোংনবৈ থৌরাঙদা দ্বারকাদা লাক্লেদো।
সবস্বতী তুরেন্দা ঈচল 'বেম্মা 'ভদ্রা'দো,
নুপী ময়াম' লোয়ননা ঈরুজবা চৎখ্রেদো।
শাদানবগী মওঙ শা' ঐগী দোলায়' তোংদুনা।
সুভদনাবু ফারগা হাপকৎতুনা দোলায়দা,
থীনবা য়াদ্রে মরূপ্লোয় পুখ্রো পুনীং' মফমদা।
কৃষ্ণ মাগী শাথৌবা দারুক মাবু কৌদূনা,
"তাওনে দারুক শাথৌবা" য়াথংলকই কৃষ্ণনা।
য়ৌহন্নীংবা মফমদা ঈতাও অর্জ্জুন মহাক্লা,
দোলায় অসী থৌখরো ফাল্গুনীবু পুদূনা।
কৃষ্ণে য়য়াথং ফংবদা দারুক' দোলায় পুরক্লে।
পাণ্ডু নিংতৌ' মপারি লীরুং তেন্দোং য়ানশিল্লে।
দেব-দৈত্য ঙম্লবা, মশীংশুখ্রে খূৎলাইনা।
দোলায়'থক্তা কাখৎখ্রে খূজু খূৎলাই' লোয়ন্না।
শাথৌ' হৈবা দারুক্লা থান্দে দোলায় থৌরক্লে।
সরস্বতী তোব বান্দা দোলায় অর্জ্জুন'দো দোলায়দগী কুমথরে।
থৌশা-বাশাদশিন্ন' 'ভদ্রা 'ময়কৈ তমখরে।
লাইজ ইপাল লাংলিবী নুপী ময়াম' মরক্তা,

কাইদা-কাইদা' চঙলক্লে ফাল্গুনীনা খূদক্তাখ্ব।
য়ারৌ শাজি' লাকপগুম শাগী নিংথৌ নোংশানা,
দোলায় 'থক্তা থাংগখ্বৎখ্রে সুভাদ্রাবু ফাদূনা।
ইন্দ্রপ্রস্থ মায়কৈ তম' মাল্লং' মমাঙ থারক্লে।
শাতৌ' হৈবা দারুক্লা দোলায় অদূ থৌরক্লে।
নুপী ময়াম অদুনা কপ্প-লাওন তৌহৌই।
মাঙলে-মাঙলে হায়দুনা ফ্রঙ-ফ্রঙ চোং'না খাঙহৌই।
সরস্বতী' তোব র্বন্দা যদু-নুপী ময়াম'দো,
প্রলয়' ঈথক হৌবগু' নিল-খোংনরক্লেদো।
কপ্প-লাওন' তাবদা যদু' মীয়াম পূম্নমক,
খূত্তা-খূৎলাই পায়দুনা চেন্নরক্লে খূদীংমক।
শগোল তোংবা লীশীংনা, খোঙনা চেনবা পরেংনী,
দোলায় তোংবা লীশীংনী, খোঙনা চেনবা লক্ষনী।
চেন্নরক্লে ময়াম'দো অবোই অখম' নাইদনা।
পাইথোরকপা মতৌগুম' লৈশৌবূংদৈ লৈতীন্না।
থৎলো থৎলো, হাৎলো, ফাও, লাওরক্লে মহে মহে।
"পাণ্ডু' মচা হূরানবা, চেনখিগনু ঙাইখোহে।
নোংশা' মমায় ওল্লক্কুম' লমছুই মখোল তাবদা।
ওনশিল্লক্লে অর্জ্জুন'দো যদু মীয়াম মায়কৈদা।
লীরী ঝা-ঝন খিঙদূনা শরজালবু কাপ্লক্লে।
লাম্মী লক্ষ অহুম্নু খূৎকাপ 'মদা ককথৎলে।
মীয়াম হাৎতোক্লম্লগা দোলায় অমুক থৌখরে।
মীৎকূপ'মগী মনুংদা ক্রোশ তরা চেনখরে।
"সুভদ্রাবু হূদুনা ফাল্গুনীনা পুখরে।"
ৰাহে অসী তাবদা যদু খূদীং শাওনরে।
শাওরক্লেদো বলরাম লানবাও অসী তাবদা।
ৰাঙাঙবসু থোকখিদ্রে ম্না হকচাং নীকখ্রেদো।

মিৎম্না খম্বাল অনীমক থরো অঙাঙবগুমখ্রে।
কামদেব মহাক্না মীনধবজ তোংখৎখ্রে।
রথি' মশিং কোম্নলা শামু কোটি মাপম্নী।
বলরামনা য়াথংলে;- "ফারুচৎলু অর্জ্জুন'দো।
পাণ্ডু' মচা লমহেনবা, মতীক থোকপা তৌগেদো।"
কামদেব থুংলরেষ প্রলয় খাম্নী মৈবুলগুম,
পুম্নমক্কী মমাঙদা, ঈ-থক্লবা নোংসাগুম।
সারন কৌবা অকনবা খূৎশু খূৎলাই' শাগোন্না,
দোলায় তোং' কোটি তরেৎ লোয়নরকই মহাক্না।
লাম্মী তেংগোল পুদুনা কৃতবর্ম্ম অকনবা,
গদ, শাম্ব লাক্লেদো, কৃষ, বৃন্দ' চিংলবা।
রামগী য়াথং ফংদূনা, উগ্রসেন, বসুদেব।
অহল কাঙবু পূম্নমক রামগী নাক্তা থুংলরে।
শাওখিবনা বলরাম হকচাং থক-থক নীকখবে।
লমজাও-লম্মৈ চাকপগুম' বামগী হকচাং চাক্লকই।
প্রলয়-নোংখোং' মতৌগুম' ঙংলদূনা লাওবকই।
পাণ্ডব' মচা কাঙবু'সে লাইমা নাপল তৌরেহে।
খঙগনিদো হন্দক্তি বামগী ঈগুন খঙ্‌ঙুহে।
যজ্ঞ তৌবৈ বী-দূবু হূইনা চানীংবগুম্মী।
চণ্ডাল' শাগৈ কাঙবুনা ব্রামনে' নীংঙোল পাম'ঘুম্মী।
য়েংউদনা মখোয়'সে কয়া উশিৎখিদ্রেবা।
রাম ঐগী ঈচনবু হূরানদুনা পুখ্রিবা।
পাণ্ডব, ঙসি'খঙগনি মরু ফুক্না হাৎকেদো।
শাগৈ' থাংমৈ থান্নবা অমা ফাওবা থম্লোইদো।
ইন্দ্রপ্রস্থেহ লৈবাক'তু লাঙ্গল'সীনা ফক্তুনা,
সমুদ্রগী লাইজ'নুং' নমশিনগনি ঐহাক্না।
ইন্দ্র, যম, বরুন, কুবের, মহাদেবনা চিংবা,

য়েংউদনা মখোয়বু, কনানা কনবা ঙম্বা?
পাণ্ডব' মচা কাঙবু'সে ফংখিদ্রবা ঙাক্তনি।
মীশক-মীওঙ য়েংদবা; ঐখোয়তগী ইরান্নি।
পাণ্ডব ফস্তে হায়ব'সে ঐদি হান্না খঙইদো।
কৃষ্ণ হায়বা অসিনা মাদূ খঙদবনিদো।
পুশিন্দুনা থন্নুবা দ্বারিকাগী কোনুংদা,
অদূ নংলমদ্রবদি, থোক্লিব'সী থোকলোইদা।
নুংশিরুবৈ লম্মন্দি মচন নুপী হূদূনা,
মায়দা কালি তৈরম্লে, পাণ্ডু' মচা অর্জ্জুন্না।
খঙগনিদো ঙসিদি রামগী ঈতীক খঙহনগে।
খৃত্তা বজ্র পায়রগা শোবারেন্না তৌবগুম,
লানগী শাজনন তৌরক্লে, প্রলয যমগী শক্তমগুম'।
যদু শাগৈ' রাম স্ত্রৈদো সাওবা পন্দোল লোমখবে।
অকি' শক্তম্নরবা জগাৎ নীকপা খোনফমদা,
ঙংলদূনা লাওরকই, মনাইশিংগী মফমদা।
কৌরুচৎলু হৌজীকমক কৃষ্ণ হায়বা নীপা'দো।
মীয়োক-মীচান ফরবা মনাই চানবা মপু'দো।
মা'না লুনা তৌজবা "ঈতাও অর্জ্জুন হায়দুনা"
মমিৎ থীৎনা য়েংসনু, থৌদোক অসে মহাক্না।

যাদবশিং ১সুং অর্জ্জুনগী অকনবা লান।

গদ, শাম্বা, সাত্যকি, চারুদেষ্ণ অকনবা।
যদু শাগৈ স্ত্রৈয়াম্বা সারন মানা চিংলবা।
দোলায় 'থক্তা তোংলগা লীরূং খৃত্তা পায়দুনা,
অর্জ্জুন মাবু তান্নরি, মাল্লং 'মমাঙ থাদুনা।
"চেনগনুহে ফাল্গুনী, মীগী মচা হূরানবা।

মরিল লৈত' মাল্লিহৈ" লাওনরক্লে অপূন্বা।
সমুদ্রগী ঈথকুম ' খোল্লাউ অদূ তাবদা,
কোলোয়রকই অর্জ্জুন্না শাথৌ' দারুক মাঙোন্দা।
"তাওনে দারুক শাথৌবা, দোলায় মমায় ওনশিনসে।
চীঙোই পাওমেন্নমখিগে লাওরক্লিবা ময়াম'সে।"
দারুক মানা খুল্লকই;- পার্থ, করি ৱানোদা;
লাল্লেদনা ৱাখল'দো, হায়গে তাওনে নফমদা।
কৃষ্ণ মচা ময়াম'সে কৃষ্ণদগী হেন্নবনী।
পাংগল থৌনা লৌশিংদা কৃষ্ণ মাগা পাংখক্লী।
সমুদ্রগী ঈপাকুম' য়েংঙু তুংদা লাক্লিনে।
ময়ামসি'গা লোয়ননা, লাম্থেংনবা চুমদ্রেনে।
লাম্থেংনবা হায়ব'সে, নঙনা হেন্না খঙবনি।
মফম-মতম য়েংদূনা লাম্থেংনগদবনি।
তাকপিগনু ঐঙোন্দা দোলায় হল্লু হায়ব'সে।
ঐদি সূকঙম ঙমজরোই দোলায় হনবৈ থবক'সে।
মফম অদূ তাকপিয়ু অকদাই' চেন্নী হায়হগে?
মাল্লং' মমাঙ থাদূনা দোলায় অসী থৌজগে।
কুবের, বরুন, ইন্দ্র,যম, ইন্দ্রপ্রসহ য়ৌসিবা?
য়ৌনীংবতা হায়হিয়ু স্বর্গ য়ৌনা থৌসিরা?
য়ৌনীং-য়ৌনীং' মফমদা মিৎকুপ্পদা য়ৌগনি।
দোলায় হনবা 'সীতদি সূকঙম ঙল্লোই ফাল্গুনী।
কৃষ্ণ মাগী দোলায়দা ঐনা শগোল থৌরগা,
কৃষ্ণ মচা হাৎকদ্রা নঙনা দোলায় তোংলগা?
কৃষ্ণ মচা হাত্তোকপা খূলাই ময়াম কাপ্পুনা,
ঙম্মু ঙম্বিগদ্রনে অর্জ্জুন নখূৎ অদূনা ?
দারুক পাংগল লৈতরে দোলায় অসী থৌজবা।
ৱারৌগনু ঐঙোন্দা, ক্ষেত্রি 'লক্তে অথৌবা।

কোলোয়রকই অর্জ্জুন্না দারুক য়াব্রা তাবদা।
হিঃ হিঃ করি ব্রানোদা, মুন্না 'মুক্তা খষ্ট্রৌদা।
য়েক্লবনা ঐহাকপু আসীংননা তাল্লক্লি।
তাল্লকপদা নত্তেদো ঙাইখো হায়না খাল্লক্লি।
'সীবু তুংওইনরম্ল' ঐনা কবম চেনগনি।
ক্ষত্রি' ধর্ম্ম নত্তেনে মিংচৎ' থীবা লৈহৌ'নি।
কৃষ্ণ মাগী মচাদি লৈবু লৈখিসনুদা।
মখোয়'দূদি অর্জ্জুন্না 'শীংথাবীবা নত্তেদা।
কৃষ্ণমকসু লাক্সনু, যুধিষ্ঠির ওইসনু।
দাদা ভীমসু ওইসনু, বলরামসু লাক্সনু।
ঐবু লাক্সিংনরবা লানফম ময়ায মনুংদা।
যুধিষ্ঠিব মনাওনা মায়ওন্দুনা চেল্লোইদা।
খঙলে দারুক নহাক'সে; য়েক্ল লানফম মযাযদা,
যদূ' মীচঙ ওইখি'নি চেক্সিল্লক্লে' মতমদা।
শগোল চূপ্লী থাদোক্লো নবুকচে'ন্দু থাজদ্রে।
দোলায় থৌগে ইথন্তা, নওঙ অদূ য়ানীংদ্রে।
অসুম' ব্রাহৈমদূনা চূপ্লী শাজৈ মুনখবে।
"'দূনা ফরে খনখবোই" দারুক ব্রাঙাঙখিদবে।
দারুক মাবু পুক্সিল্লে পাশ অস্ত্র খূৎলাইনা।
য়েৎওইননা অর্জ্জুনগী দোলায যূম্বী' পান-না।
খোঙ অমনা চূপ্লী পায়, হৈখবেদা ফাল্গুনী।
খোঙ নামনা শাজৈ পায়, অঙকপগী মশক্লী।
লীরী ঝন ঝন খীংদূনা দোলায় মমায় লৈরক্লে।
মাল্লং' মমাঙ থাদূনা যদু লাম্মী তন্নক্লে।
"কনা-লৈত্র' জীবগুম' তরক-তরক মথন-দা"
'ভদ্রা থম্মোয় শোকগ্রেবোই অর্জ্জুন' মতৌ উবদা।
"খোঙনা চূপ্লী-শাজৈ পায়' শাথৌবিন' য়াওদবা"

তেঙবাংজনীংলকইদো মশাবিগী অৱবা।
ঈকাই-ঈকি ৱাংমালান' তনিক-তনিক ৱাহৈনা,
পাওমেল্লকই সুভদ্রা' মশাবিদা য়েংদূনা।

তাবিয়ুনে অথৌবা, হংগচ্চরি চরন্দা,
থম্মোয় অসী পূ-ঙমদ্রে মাঙ্গ নতৌ উবদা।
পীবিয়ূবা পীঙোন্দা চুম্নীসাজে অনী-দো।
পাঙজদ্রবী ঐহাক্না থৌজগেনে দোলায়'দো।

'ভদ্রা য়াবা তাবদা অর্জ্জুন মো-মোন নোকইনে।
"দোলায় অসী থৌববু নঙবু হৈরবরনে?"
অর্জ্জুন' ৱাহৈ তাবদা নুরা পাওখুমজরকই,
দোলায় অসীমক্তদা ঐনা শাথৌজরকই।
সত্যভামা রুক্মিনী ঈনম্মশিং' লোয়ননা,
চৎমিন্নেদো লমকোয়বা ঐবু পুবিরদূনা।
য়াম্মুং কৃষ্ণ মহাক্না চুম্নী শাজে শিন্নেদো।
য়াম্মুং মাগী থৌজান্দে ঐনা দোলায় থৌজেদো।
য়াম্মুং 'বুঙো কৃষ্ণনা, ঐনা দোলায় থৌবদা,
মশীং নাইদ' থাগৎপি, হৈ-শিংব:দূ উবদা, ।
খোয়দাবিবক্ত্র বসু খূর্জ্জী'সে 'মুক শিন্নগে।

অসুম হায়না 'ভদ্রানা খূর্জ্জী-শাজে মুনখবে।
পার্থবীর মহাকসু তীঙক-মায়ঙক লৈহৌরে।
বসুদেব' মমোম্নী গোবিন্দগী মচন্নী।
হৈশ্রেদকো ওহ্মোক্না, মতীক চাবী নোদানী।
লৈচিন খোঙগাওনদূনা মাল্লং' তুংওইনবল্লে।
যদু' তেংগোল তমদূনা দোলায় অদূ পাইরক্লে।

নোক্লীংলক্লে অর্জ্জুন'দো 'ভদ্রা মতৌ উবদা।
থৌনাফবী মহাকপূ থাগচ্চেদো থম্মোয়দা।
তনৌরিবী মহাক্না অদূ য়ৌনা হৈগনি,

থাজরমদে অর্জ্জুন্না, অদূক থৌনা ফগনি।
'ভদ্রা য়েং'না হায়রকই, ঙক্ল দূনা অর্জ্জুন্না।
থাজরুদে ঐহাক্তি, হৈরমগনি অদূ'ম্না।
কনাদগী তম্নুবা দোলায় থৌবা' মহে'সে।
ওন্তোক্লবু হৈরমগ্রে, লাইবক ফৈদা ঐহাক'সে।
তবাববী চীনবান্দা মো-মোন মীনোক্লদূনা,
ঈকাই হংগোই' লোয়ননা কোলোয়বকই 'ভদ্রানা।
"নতেং পাংজনীংদূনা হৈতা-হৈতা' থৌজবা;
থোইনা হৈবা নত্তেদা, নোক্লবি'নুঅথৌবা।
হায়না হায়না দোলায়'দো যদু তেংগোল যৌবক্লে
তেংগোল'দুগী অকোয়বা' লৈনা-লৈনা থৌবক্লে।
খঞ্জনন পক্ষি খম্বাংচাক' চেক্লা' জগোই শা'গুম্মী।
ইন্দ্রজালগী মাযানা তাইবঙ জীব' শুম'গুম্মী।
জগোই শাবী মেনকা স্বর্গগী অপ্সাবীনা,
অসুক ফজবমগদ্রা, মাগী জগোই খুৎথেক্লা।
ঙাইহাক'মনা স্বর্গদা, ঙাইহাক'মনা মালেমদা,
মিৎকুপ'মনা অৱাংদা, মিৎকুপ'মনা 'খদা।
উরু-উক লৈদূনা দোলায় অদূ থৌবক্লে।
বনক্ষেত্র ময়ায়দা লাম্মী'পূম্বা শুঙ্কৎলে।
বিদ্যুৎ নোংথাঙ' মচুনী সুভদ্রাগী কুচুনা।
ফূইনা হৌবা নোগুম্মী ফাল্গুনী বনর্না।
সুভদ্রা'র্জ্জুন' উবদা ঙক্লখবে ময়াম'দো।
ইন্দ্রজালনা শুবগুম' পঙথনগ্রে 'পূম্ব'দো।
সমুদ্রাগী লাইজনা পৃষ্টি প্রলয়' মতমদা,
য়োৎশিল্লগে লাক'কুম্মী মালেম পৃথি লৈমায়দা।
সূভদ্রা'র্জ্জুন অনীগী মতৌ অদূ উবদা,
যদু' লাম্মী তেংগোল'দো ঙক্লবদা থেংম্রেদা।

খুৎকাপ অমা কাপ্পদা লানম্মী কোটি কোটিনি ,
অর্জ্জুন' খূত্তা তুন্নিবা, শগোল শামু লক্কনী।
তেন্সু হৈবা অর্জ্জুন্না লাম্মী কয়া হাৎলক্লে ।
ঈঙাঙ পাক্তক্লরক্লে ঙ্গ্রকি' শক্তম্নরক্লে ।
মাঙদা ঙাম্থোইরবদা ফজপ্রবী অমনা,
প্রলয়' শক্তম লৌরক্লে শিবা-নবা কিদনা।
জগৎঙম্বা অর্জ্জুন্নী, যমগী মুর্ত্তি ওইরক্লে ।
হান্না কনবৈ মথক্তা শরূক চামা হেল্লক্লে ।
উম্নংলবা জঙ্গলদা পমজাও চাকপা লম্মৈনা,
তুম্না চাকথেপগুম্মী অশং-অমাল কাক্তনা।
যদু লাম্মী তেংগোলশিং' খাঙবা ঙমদ্রে চেন্নরে।
সারন, কামদেবনা ব্রাখল তৌ'না খন্নরে।
দূত অমা থাখরে বলরামগী মফমদা।
লানগী লানবাও তম্লবা বলভদ্র মাঙোন্দা।

ভগ্ন দূতনা বলরামদা অর্জ্জুনগী লানবাও তম্বা।

রেবতীগী মবুংঙো বলরামদি মহাক্লা,
লানগী যাত্রা তৌরক্লে লাম্মী তেংগোল' লোয়ননা।
নুংশা মপী হোন্দুনা চনীং চমাঙ শম্নদ,
চেনশিল্লক্লে দূত অমা মতম অদূ মক্তদা।
মমিৎ মনা ঈথক-থক' চরন খাদা তুখরে।
তরং ঈরা চেন্দুনা লানগী লানবাও তম্লরে।
তাবিয়ুনে প্রভুরাম ! যদু শাগৈ' অথোইবা।
পাণ্ডব অর্জ্জুন' মখূত্তা তুমখ্রে লাম্মী ভ্রপূম্বা।
সুভদ্রানা থৌইনে অর্জ্জুন মাগী দোলল্লা'দো।
ঙাইহাক' অমা' আকাশদা, মালেমদা ঙাইহাক' লৈদো।

লৈচিল্লক্তা ঙাইহাক্তং মাঙখি নোংথাঙ কৃপ্পগুম।
তুবৎ-তুবৎ তেংগোলক' পাইখি লিনগী মতৌগুম।
মথোঙ ঈখঙ খঙহন্দে কৈদা লৈবা' দোলায়'দো।
নহাল মখৈ' খঙলমদে হৈশ্রেদকো 'ভদ্রা'দো।
লাইজ ঈশিং' মনুংদা লৈল্লে ঙানা হৈবগুম।
পাইরি দোলায়' তেংগোল্লক' নুংশেল মমি হাইবগুম।
ইঙাথাগী নোংজুগুম' তেন'য়াম হৈথৈ অর্জ্জুন্না।
অর্জ্জুন' শূক্লীং মতুংইন' থৌরি দোলায় 'ভদ্রানা।
হৌজিক মাঙদা লৈরম্বা, তুংদা হেক্তা লৈরম্মী।
হৌজিক তুংদা লৈরম্বা, 'থক্তা হেকমক পাইরম্মী।
কৈদা লৈবা' মখোয়বু খঙবা উবা ঙমদেদো।
করি মায়া হৈবনো 'ভদ্রা অর্জ্জুন অনী'দো।
তেন্না হেক্তা হৈশ্রকঈ, তেনকাপ্পসু উহৌদে।
হায়ফম তৌফম লৈনদ্রে, মথোঙ মরম খঙনদে।
অতোপ্পা মফম 'মদা লম্মে হেক্তা চাকহল্লী।
নাকল অমারোমদনা প্রলয় নুংশিৎ শিংহল্লী।
মফম অমরোমদা'মুক লিনগী তেন্না হৈথৈদো।
চাওর-চাওর' লিনশিংনা চীক্কদ'গী তান্নেদো।
মায়কৈ অমরোমদনা নোংনা অর-র চুহল্লী।
অখাক অরাও' লোয়ননা লেন্না জর-জর তাহল্লী।
নীংথম্বনা লাম্মীশিং থক-থক নীক্লেদো।
রনক্ষেত্র মনুংদা মায়ওনশিনবা ঙমদেদো।
অমুক মফম অমদা শরজালবু কাপ্পুনা,
নুমিৎ মঙাল ফংহন্দে, তেল্দু হৈবা অর্জ্জুনা।
মশীং লাক'ঙমদরবা তেংগোল লাম্মী তুমখরে।
পার্থ বীর মহাক্কা লাম্বানবা ঙমদরে।
মচা ঈবুঙো ময়াম্মা লানবাও তম্মু হায়দুনা,

লাকচবনি ননাই ঐ, চরনন থম্বাল তমদূনা,
পাওহংলকই বলরাম' দূতকী লানবাও তাবদা।
"চুম্না হায়য়ু ভগ্নদূত, ৱারৈ ৱাথূপ্ন'নুদো।
কদাইদগী ফংবনো মখোয়'নীগী দোলায়'দো?
ভগ্নদূতনা হায়জৈদো মখূৎ অনী লোনদূনা।
হায়গদবা কিজৈদো, হায়রসীগে করম্না।
শগোল দোলায় অনীমক গোবিন্দগী ঙাক্লিদো।
দোলায়' থক্তা দারুরসূ পুশিন্দুনা লৈরিদো।
মচল 'বেন্মা 'ভদ্রানা দোলায় অদূ থৌহৌই।
হৈৱেদকো 'ভদ্রা'দো, ঈমিৎমক্লা উরকই।
যদু মনি বলরাম দূতকি মপাও তাবদা,
মায়থোং থম্বাল লূক্তুনা ফমম্রে মালেম লৈমায়দা।
মিৎম্না থম্বাল অনীদা তরং ঈরা চেন্দুনা,
ঈক্লা-ঈক্লা কপ্লক্লে অনুতাপকি ৱাখল্লা।
কস্ওৱীগী চন্দন'দো ম্না হকচাং' লৈতেংবা,
পিরাংতনা চামথোকখ্রে পন্দোল লোমলে অৱাবা।
ৱাজখ্রেদো বলরাম হুমাং'নপ্লা কাংলক্লে।
য়েংলদূনা হায়রকই, যদু শাগৈ অয়াম্বা;-
গোবিন্দগী থৌশীন্নি ঐবু ঈমায় থীহনবা।
অর্জ্জুন মাগী মফমদা শগোল দোলায় পীদূনা,
থবক অসী থোক্লবা শীল্লিবনি কৃষ্ণনা।
অর্জ্জুন মাগী শক্তিনা অসুম' ঙশ্ফম থোক্তেদা।
পঙলবা রাম ঐহাক্লা দোষ তৌরুই অর্জ্জুদা।
ঈমায় অসী মী'মাঙদা করম তৌনা উৎকনি।
লুহোংনবৈ দমক্তা দুর্য্যোধনসু লাক্ল'নি।
অধিবাস হোনবা ব্রাহ্মনশিংসু ফমখরে।
মরূপ-মপাং কয়াসু লুহোংফমদা তিল্লরে।

ফীভম 'সীদা ঐহাক্কা তৌগদবা করিনো।
দুর্য্যোধনগী মমাঙদা ঈমায়'করম উৎসি'নো।
অসুম হায়না রাম অদো বাখল লংজীন পুন্দুনা,
ঈরাক্কবা জীবগুম' লৈপ্রে লূকথরদুনা।
মতম 'সী মক্তদা লেঙশিল্লক্লে কৃষ্ণ'দো।
মালেম লৈ-দা তাদূনা রামদা খুরুমজরিদো।
শাওনীংগ্রবোই লাঙ্গুলী খল্লু-খল্লু' খূদীংদা।
মায়ওঙ্খোকই রামঅদো কৃষ্ণ মাবু উবদা।
কোকিল স্বর' ঙমজবা মেঙল' য়াবা খোঙ্জেল্লা,
ময়াম্বুংগী চরন্দা কালোয়জেদো হরিনা।
"য়াম্বুং' স্না চরন্দা লানখি' কবি লৈপ্রবা;
তাকপিয়ুনে ননাওদা, অশাও' মায়থোংনবিবা?"
উগ্রসেন্না হায়বকই, কৃষ্ণ বাহে তাবদা।
"শাওনরিবা মবম'সে নঙদি খঙদ্রিবোইবেদা।
শগোল, দোলায়, সাবথি, খূৎলাই সুনা পীদূনা,
নচল নুপী হূহনবা, 'সীবু চুম্বা নহাক্কা?
নঙবু শাওবা নত্তনা কনাদনো শাও'দৌবা।
হাকমল্লীহে অঙাং নঙ ; কয়া তৌবা ঙমপ্রবা।"
কয়া নানা হায়প্রবা জগৎ মপু মাঙোন্দা।
কংসল্যগী প্রে'দূনা কৈসুলৈতে' খল্লিদা।
'দুবু শাওদে কৃষ্ণ'দো গুরু ব্যবহার কায়দেদো।
সূকথদূনা হৈ-শিংনা বাহে কোলোয়রকইদো।
এ ঃ অদূগী ওইরেকো, ঐবু শাওবিরম্বদি।
হঙ্গচ্চগে ময়ামদা দোলায়'দূগী মরমদি।
ঐগী শগোল দোলায়দি অর্জ্জনতনা পুদূনা,
নুমিৎ খূদীং' চৎলীদো; খঙলিবনি ময়াম্না।
সুভদ্রাবু হূদুনা পুখিগনি হায়ববু,

করম'শঙবা ঙমগনি, মীওইবগী পুক্লীংবু।
কৈসু খঙদ' ঐহাকপু অরেম্বদা শাওবিরে।
অচুম-অরান' থিবীদ' ঐবু ইরান শীবিরে।
লম্মোল্লবী 'ভদ্রানা দোলায় থৌই হায়রিদো।
অর্জ্জন' খোয়দাদ্রবদি, দোলায় থৌরোই 'ভদ্রা'দো।
কৈ-সূ মরাল লৈতেনে দারুক হায়বা মাগীসু।
দোলায় অদূম মথৌই, নিতি নুমিৎ খূদীংসু।
হায়য়ু-হায়য়ু তাসী দূত ! করম তৌই দারুক্কা।
লোঞ্জা-লোনথুপ্লগনু তম্মূ চীখ' লৈতনা।

খূবাংতরা লোন্দুনা দূতনা পাওদমজরকই।
"মখোঙ-মখূৎ পূন্দূনা দোলায় 'থক্তা লৈহৌই।
ৱানা খাঙদ্রে দারুক-তো লেঙবা-ওৎপা ঙমহৌদে।
কনা' লৈত্র' জীবগুম' মতৌ ঔদূ য়েংহ্নেদে।"
দূতকি য়ান্না তারগা কোলোয়রকই কৃষ্ণনা।
ৱারী অসী তাবীরে; 'দুম য়েংবিরো খন্দূনা।
থৌদোক'সীগী মরমদা কনাননো লাল্লিবা।
ৱাখল বুদ্ধি তৌবিয়ু যদু-শাগৈ অপূন্বা।
দূতনা অমুক হংগচৈ বলরামগী মফমদা।
তাকপিরো ঈবুংঙো, ম্না য়াথং ননাইদা।
মজা 'বুংঙো ময়ামগী য়াথংদগী লাকচৈদো।
খূজূ খূৎলাই অমতা য়াওনহৌদ্রে ময়াম'দো।
কনাই দোলায় য়ানখাইদ্রে, কনাই লীরুং ককথৎদ্রে।
কনাগীনা শাথৌবা, কনাই ফীরান ককথৎদ্রে।
যদু শাগৈ' অথৌবা কামদেব অকনবা,
মবোল অহুম' মনুংদা কনবা মপা লৈত্রবা।
কামদেবৈ লীরুং'দো মতুপ-মতুপ তাহৌরে।
খূৎলাই 'মতা য়াওহৌদ্রে, ফল্গুনীনা ককখরে।

শাম্ব, গদ, অমদি সারন কৌবা অথৌবা,
কনা 'মতা য়াওখিদ্রে, তেনগী চৈনা ফংবদা।
অর্জ্জুন মথন্নতনা লাশ্মী ময়াম অদূদা,
খূৎলাই 'মতা পায়হন্দ্রে মখূৎ মখূৎ খূদীংদা।
খূজু খূৎলাই পুম্নমক, শগোল দোলায়' লোয়ননা,
থাম্বিরকউ হায়রকই মজা 'বুংঙো ময়াম্না।
খূৎলৈ খরা থুবিরো, প্রভু রাম্না লেঙগদ্রা?
থীঙ্খবিরগনুনে গোবিন্দনা লেঙগদ্রা?
য়াথং পীনবিরোনে, করি' তূমিল' লৈবীরি।
অঙাং ময়াম অদূনা অর্জ্জুন' লাম্বা ঙন্নরোই।
মালেম'সীগী মনুংদা অর্জ্জুন পান' লৈররোই।
অঙাং নাব্বা ঙাক্তনি খনবিদূনা অর্জ্জুন্না,
হাৎপিদেদো হৌজিকফাওবা লৈবনি।
'দূবু নৎলমদ্রবদি হিংফম লৈতরবনি।
তপ্ন্যতপ্না হংগচৈ বনমালি কৃষ্ণনা।
ময়াম্বুংগী স্না মাঙ' নোল্লুক' য়াব্বা খোঞ্জেন্না।
তাবীসিনে য়াম্বুংও ! অর্জ্জুন পা-দৌ' লানফমদা,
কনা'মতা লৈতেদো মালেম লৈকোয়পুঙ'সিদা।
ইন্দ্র, যম, বরুন, কুবের, মহাদেব' চিংলবা,
লৈতে লাইরৈপাক্তসু, অর্জ্জুন মাগা পা-দৌবা।
অঙাং নাব্বা শিংদূনা করি তৌরু' ঙমগনি।
লাক্ল-ফনা' ঙমদ্রবা জগৎ'ঙম্বা নীপানি।
হাত্রিবনি হৌজিকফাও' দূতনা হায়বা চুম্মীদো।
নুংশিদূনা অর্জ্জুনা অঙাং নাব্বা ময়াম'দো।
অমরোমদা হায়র'সু অর্জ্জুন মহাক লান্দেদো।
"নুপী হূদুনা পুবা" ক্ষত্রি ধর্ম্মে হৌনৈদো।
পাংগল, লৌশিং, থৌনা ফৈ, থাগৎনৈদো জগত্তা।

দো, তৌবা চুমদেদো অর্জ্জন মাগী মথক্তা।
সুভদ্রাগী মওঙসু খঙ্গদূনা য়েংবিয়ু।
তাকচ' ঈতিক নপ্তেদো স্না বুদ্ধি তৌবিয়ু।
খোয়দাদবা ওইর'দি পাণ্ডব অর্জ্জন মহাকপু,
থৌরুগনি করিগী ফাল্গুনী দোলায়বু।
থবক মওঙ মতা-সে, শীল্লু-লাঙলু' য়াওদনা,
থোকপা থৌদোক মাল্লীদো, মশা-মশা য়ান'না।
পাণ্ডব' মচা লঙ্ঘোনবা, নাপল তৌজ' শারিবা।
ঙমগনিদো হৌজিকসু নাপল মমূ য়েথেকপা।
অদূবুনে য়াম্বুংও ! নাপল তৌরি অর্জ্জন-দো,
হিংনা ফা-বৈ শক্তিদি কনানসু ঙমলোইদো।
য়াইবী লৌবা ঙমগনি, কন্না হোৎনরবদি।
সুভদ্রাসু হিঙলরোই অর্জ্জন' য়াইবী মাঙল'দি।
'ভদ্রা লঙ্ঘোনবী'দূনা পামজ' কিরিটিনীদো।
অর্জ্জন মাগী দমক্তা শিগে, শোয়দ' হায়নিদো।
তাকপিয়ু য়াম্বুং 'সীদা, তৌগদবা করিনো।
হায়ফম তৌফম খঙজদ্রে করি থৌদোক মতানো।
য়াম্বুং থৌজাল সৈর'দি অহল-লমন ময়ামদা,
ঐনা নীংজ' অমতং নীংশিংজগে চরনদা।
অর্জ্জন মাগা চান্নবা দূত অমা থাদূনা,
ফাল্গুনীবু কৌরুসী নুশি-নুওন' থেমদূনা।
য়াম্বুং স্না পূক্লীংদা অশাও' খম্বী মৈহৌবা,
থৌজল' লাইজ খীকপীয়ু, খাম্বী মৈনেম্বিয়ুবা।
অর্জ্জন মাগী মকাদা ঈচল 'বেম্মা 'ভদ্রা-দো,
লুহোংবিখিবনদুম ফরগদ্রা খঞ্জেজেদো।
'সীনা 'ফবা ওইনিদো মরম খুদীংমত্তসূ।
'সীনা লেম্বা তা-নিদো সমাজগী মাঙদসূ।

অতৈ উপায় লৈত্রেদো হায়জরি-সী নত্তনা।
খন্থদুনা য়েংবিসী, স্না বুদ্ধি য়াম্বুংনা।
জগৎ কান্ত:া হরি-নী তাইবঙ মপু মহাক্সী।
মায়া 'পূম্বা শেল্লিবা বনমালি কৃষ্ণনি।
নুংশি য়াবা তাবদা, মনাও 'বুংঙো কৃষ্ণগী,
অশাও'খাম্বি মৈমূৎলেদো, যদু পতি রামগী।
অনুতাপনা চাক্লম্বা থম্মোয় মদোম' ফাদূনা,
য়াথংলকই বলরাম' মনাও 'বুংঙো য়েংদূনা।
'য়াম্বে 'বুংঙো তারোনে যাদবশিংগী থবায়ও।
নবখন শ্যামচান্দ, যদু কুল মনিও।
হংদ্রবসু ঐঙোন্দা, ফন' শীনখ্রো নহাক্লা।
শানৌতোনগী পূক্লীংবু হীক্তোক্কনী কনানা।
লৌজরম্বা তার'দি, ঈনাও নঙনা হায়খিবা;
ফংজরম্লোইদবনি, খাঙ'ঙমদ্রবা ঈকাইবা।



লোইরবা।

## ঐগী ফোংথ্রবা লাইরিকশিং ঃ-

সরতক্কী নাটক নাটক অহুম্না পুনবা। ঐগী ইমাদি নাটক অনিনা শাবা আ দায়াইমগী কৎথোকপা, সুভদ্রা চেনবা শৈরেং হৌজিক পুথোক্কীবা, ।

## হৌজিক নমলিবা লাইরিকশিংঃ-

ইমানা মংলাম্বা মংলান (ওল ইন্দিয়া রেডিওদা শানখিবা নাটক)

"কদায়দনো" ?? (ড্রমা)

"মালিকা" (ড্রমা)

"ঋতু" (উপন্যাস)